## ৱাহৈ অমতং

লাইরিক মচা অসিদ য়াওরিব ৱারেং অমাম্ব লাইনিংহল ইবুংঙো নাওরিয়া ফুলোগী ৯২ শুব তাইবং ফাওব কুমওন্দ নহারোন মীতৈ মরুপকী "ল জিন" চেখোঙদ ফোঙথ্রব ঙাক্তনি। ইবেম্ম থম্বালতোম্বীগী ৱারেং অসিদি "শিদ মপাঙ" চেখোঙদগীনি।

লাইনিংহল ইবুংঙোগী মরমদ মী মীশিংহুনা খঙজব অমদি থাজবশিং পোঙদোকচব অত্তু কৈরবাক মচাশিংগী মথমদ তত্থাগী মিংয়েং তাবিনব থৌরাংজরুবনি।

মীতৈ পারি-পুরিগী অনৌব ঈনাহ য়াওন্ অসিগী "শংলা লংজিন" ওইরিব লাইনিংহল ইবুংঙো নাওরিয়া ফুলো অমদি অতৈ মীতৈ ঈনাংকী থৌম্ম থোনোমবিব অহলশিংগী মরমদ ইবিরকপ ৱারেংশিং মথং চেফোঙ অমগীদমক চহি চুপ্প ওয়াওন লোশিন্নগনি। থাবিরকপা ৱারেং হন্দোকচবোই।

মনাজাওবা

খবো লৈকাই, হুলাসেন ইম্ফাল।

৩৪৮/-

## চেফোং অসি পুথোকপদ শরুক য়াবিরিব ইবুঙো
## কোন্সম কুলচান্দগী অশম্ব পুন্সি বারী

ইবুঙো কোন্সম কুলচান্দ ইংশোক ১৯২৩গী কালেন থাগী থা-শিথরকপা ইরাই নুমিৎ অমদ কছারগী মাত্তুরগ্রাম হায়ব খুলদা পোকই। অপোকপগী মিংন অমুব অহুগ অপোকপীগী মিংন অঙোবী কৌই। অচাং ওইরিবৈদ অপোকপী লৈখিদে। লাইরিক-লাইশু তম্বদ খুদোং চাখিদে। ইংশোক ১৯৩৬ তা কছারদগী অসাম নাগাও জিলাদ লৈব হৈগ্রূ হৌবী হায়ব খুল অদুদ য়ুম হোংই। ইংশোক ১৯৪২ দ সেন্ত্রেল এঃ পিঃ বেটালিয়ান্দা সিকাই থন্দুন পৃথিবীগী অনিশুব লাঞ্জাও য়াওরুই। লান মনুংদ ভারত অমদি বর্ম্মাগী ষ্টেট অয়াম্ব য়োরুরে। হিন্দি, বাঙ্গলা, অসামী, বিষ্ণুপ্রিয়া অমদি মীতৈলোন নীংথিন খঙই।

লান লোইরগা ধর্ম্মগী মরমদ কুপ্ত নৈনরব মতুংদ অপোকপ লাইনীংহল অখোইবনি থাজরক্তুন অপোকপ মরূপ য়াওই, ইংশোক ১৯৫৪ দা অসামদগী মীতৈ লৈবাক (মণিপুর) গী উখ্রুল লম্বীদ লৈব খরাশোমদ য়ুম হোংলকই। মতংদ মনাক্ত লৈব য়োরবুংদ অমুক য়ুম হোংই। হৌজিক লাইনিংহল ইবুঙোগী য়াইফ-পাউজেল অমদি মীতৈ ঈনাৎ শন্দোকপগী থবক্ত থৌদাং য়ারি।

—অফোংব—

কোন্সম কুলচান্দ

# কচজবা

—সোরম রঘুমণি

খুক্কুমজরি লাইনিংহল। ঙসি ইকোক নোঙরি
ঙসি খঞ্জরকপা মত্তমদা পুক্লীং লৈরাং কচ্চাব।
মীতৈলৈমা ইমানা তাংনা পোকপা পারীনি
মপু মাগী লাংওনওয় মীতৈ কনবা থোকপনি।
হোবো হোরো খোল্লাংনা মীতৈ মীকপ থোকহল্লে
ওয়দ ভূমখুন হুল্লম্বা মঙগী লাংলৌ কাযহল্লে।
মঙগী খোঙগুল লীহুনা ঙসি মীতৈ চৎথরি
নঙনা থিনবা মাযকৈদা চাউখৎ-লম্বী তাঞ্জবি।
মীতৈলৈমা ইমানা ঙসি মোমোন নোকচরে
নঙনা ইমা নীংবদা চাউথোকচবে পেঞ্জরে।
মীমাল্লবা ঙল্লনি চেৎনা রাখল ত্তৌজবে
ইপা-ইপু খুভমবু যৌবা ঙমনি থাজরে।
কৌবি নঙবু ইমানা, মীতৈ পোকপী পলেমনা
"পারি 'ফুরৈল্লে' নুংশিবা খুৎলাই ওইবা খোর্জনা।
পলেম ঐগী পিবুকনুং মপোক লাংওন শাল্লরো
নঙনা পাংগে খনখিবা নথৌ নঙম পাংলরো।
নঙনা কনবা মীতৈরবাক নখুৎমরা শেমজরো
নথৌ মথাক লোইদবা নৌহোননা পাযররো।
মহৌশাগী খুৎশেমনা শুঙ্গাংলবা ইবৈবাক
মালেম লৈবোযবুংসিদা শেল্লরে'নে লাইরৈবাক
লাকও। লাকও! লাইনিংহল। লাংওন কুম্মি শাল্লরে
মালেম' মীতৈ খুদিংদা মীতৈ থৌরায় ওইররো।
অহল থোজাল মৈরানা লম্বী ফংগে তাঞ্জরি
পাঙ্গল লৌশিং পুম্নমক পুক্লীং শেংনা কচ্চরি।

---

## লাইনিংহলগী খোর্জৈনা শৈরাংলম্বা শৈরেং অনিদং ঈরু চুপপীনবা লাম্লোকচরি

—কোম্বোবা ইবোচৌ

অন লৈপাক নিংথিবা মীতৈলৈপাক কৌগনি
লাইনা শেম্বা মযমনি অরেপ্পনি খঙগনি ।
নোংমাইচীংদি চীংলেননা অথোইবনি হায়নরি
মীতৈগীদি মিংশেন্নি যেংনভমবু ওইনরি ।
লাইফমনিবু হায়নরি কুমজা ঈরাং তৌনরি
থংনভমগী খুদমদো মিংচৎ থল্লোং হাযনরি ।
অনৌবগী মরোংনি পুক্লিং নৌবা মশক্লি
সেল্লোই তগুপ পোইরৈচীং সংভানবা মচুনি ।
পোইরৈ তাবা অহানবা চীঙ্ লাইগি উমংনি
চীঙ্ লাইদি পাংগনবা লাইরেম্বীগি মপুনি ।
লাইফম লাইফম খুদিংদা লৈতেংতবু ওইরিয়ে
যজথোইবী মালেমবু তংতনবু নিংজৈযে ।

ইপা-ইপু হৌভমবু ঙসি নৌনা নিংঝংজৈ
নিংঝংঙকপা মতমদা পুক্লিং যাম্না নুংশিজৈ ।
লমদমগিদি অথোইবা মীতৈ লৈপাক হায়জগে
লেপনা ইমা ইপানি সোইদবনি থংজগে ।।
ঙনথোকনস্থ পুকনিংহুই অরাং মাইগৈ পাংবদো
সনজিংদি কৌক্রুনা চীংলেন ওইনা ঙানবদো ।
সেকমাই অরাং লমদমদো থংনরিবা মফমনি
ইঙৌরোককি লাইফমদি পাংগনবগি লৈকোননি ।।

থমনুঙগিদি থোঙহানভম্ থোংহাম্পাৎপু কৌবরি
লমফেন কৌবা পাংচাওদো পুকনিং হুবা মসকনি।
লিংজেন কনবা লৈরাংদো লমফেনগিদি থৌরায়নি
লৈরাং কোলোয় মমিংদি কোমবীরৈবু কৌবনি ॥
তাকয়েন পাংচাও ময়ায়দা নমথুন তুরেন চেল্লিয়ে
লোইবী লাংগোন চীংসাংনা মকোই নুংগোই কোলশিয়ে।
য়াপোকপীসু কৌনরি ফমমাংচীংসু হায়নরি
খুনুমিৎস্না তামলিবা লুক্কচীংসু হায়নরি ॥
হননা যেংবা য়াখিদে তুহৈদেবু হায়নরি
অহন মক্লপ খিবিকনা সোইদবনি তাকপিরি।
মালেম মীতৈ লৈপাকপু করিদবু শিংথানি
মালেমবুদি নিংদবা ননাই করি হায়জনি ॥

---

## মীতৈ পোকপা
## ( The Father of the Meeteis )

—কোস্থৌবা ইবোচৌ

মালেমগী অকক্লবা মফম, ঈরূপ নত্রগা শাগৈ অমত্তদা লাইপোক ওয়বা মীথোই মীহেনবা পোক্লদবনি হায়বা পথাপ লৈবা নত্তে। তোঙান-তোঙানবা মফম, ঈরূপ অমদি শাগৈদা লাইপোক কয়া পোক্লনা লাক্লিবনি। মতম মতমদা মথোয়না তাইবং ফাউরকলমত্রবদি তাইবং পানবসি ওয়রমলোই।

লাইপোক হায়বসি কদম্বা মীওযবু খংনগদগে, ঐখোযনা খুংশিবা, পামজবা অমস্তুং থাগৎচনিংবা মী অমবু হেক্তা হাযজিনবা য়াবরা ? মদু নত্তে, মী অদুগী মতিক-ময়ায় মানা পাংথোক্লম্বা থবক থৌরম্বা মহাকপু লাইপোক্তি হাযজবনি। ঐখোয় মী হাক্তনি, অদুবু মীমায়দে। থবক থৌরমনা মীগী মনুংদা মখল অহুম থোক্লা খাযদোকপা য়াই, মদুদি— (১) লাই, (২) মী, (৩) শা। লাইগী পুকচেল চেনবা, লাইগী থৌবম তৌববু লাইপোক লাই হায়বনি, লাইদগী হাইথরকপদা মীওযবগী থাক্তা লৈববু মী হায়বনি, অদুগা মীওযবদগী হাইথরক্তুনা শাগী পুকচেল চেনববু শানি হায়বনি। লাইনিংহল নাওবিযা ফুলেংগী য়াহৈদা— "থৌরম্বা লাইনি, থৌরম্বা মীনি হাযবসি লেংবা য়ারোইদবা য়া ওইগনি।" মিংহেং অসিদা লাইনিংহলনা লাই-পোক্তি হায়না শকতাক্লবা ওমদে।

লাইপোক্তা হাইবং যাওবসি ঈৰূপ বযাগী লীচৎ ( ধৰ্ম্ম ) লাইরিকশিংদা মতম থানৈ। লীচৎ ( ধৰ্ম্ম, মা'লরবা, শারমচৎনা হেক্লক্রবা মতমদা যত্তবশিংবু মাংহন্নবা, অফববু ওাক-কন্নবা, লাইনিং পা'য় চেৎপশিংবু কন্নবা মতম মতমদা হাইবংপানবগী মপুনা সায়োল লাৎন থৌই হাইনৈ। মসি অচুম্বমক্তি। অচুম্বা য়াফম অসিবু লোৌথৎলগা লাইনিংহলবু শকতাকচরি— হিন্দু ধৰ্ম্মনা চহি ২০০ রোম মীতৈগী মৎস্তা পান্দুনা মীতৈনা হিন্দু ওন্দুনা মশানা মশাবু শকখংজবা ওমদ্রবা মীতৈ পুমমুৎ মুৎপা তারবা মতমদা লাইনিংহল নাওরিয়ানা ঐখোয় মীতৈনি, আৰ্য্য হিন্দু নত্তে;

মীতৈ লৈচং ( ধর্ম্ম ) চৎকদবনি হিন্দু ধর্ম্ম থাদোক্কদবনি, ইমারোল মীতৈরোলনা লাইরোলনি হায়দুনা মীতৈ কন্নবা হোৎনরম্মী অমম্মুং মীতৈগী অনৌবা মপোক অমা পোকহনখি। থোরম অসিনা অহলবু লাইপোক্লি, লাংওন্নি হায়বনি। মীতৈ হপা ইপুনা মতম খোঙলৈ তাকপদা শিংথানরম্মা "নোংচুপলোমদগী মীতৈ অরিবনা পুম্না কোকথোং নাহনা লাকনি, মতমদুদা মীতৈগা লাইনিং-লৈচং পুম্নমক অমুক হল্লকনি", হায়রম্মা লাংওনদু অহলমক্লি হায়না তশেং-তশেংনা তাক্লি। পারী-পুরীগী মতুং ইন্না লাইনিংহল মীতৈ অরিবনি, নোংচুপলোমদগী কাছাডদগীনি, পুম্না কংলৈরোল কয়া পুথোক্লুনা নৈনরম্মা অকম্মুং উহল্লম্বনি। মরম অসিনা লাইনিংহল ঐখোয়গী পুম্নানা তাক্লম্বা মীশক্লুমকনি।

লাইপোক ওইবা মীশক অমবু অশেংবা মশক তাকপা হায়বনি ওইথোক্লবনি। অদুবু খংনিংবা অমম্মুং শক তাক্লিংবনা মরম ওইহনা মমি-শামি শক তারবা ঙাক্লনি। অচৌবা মীগী মশক তাকপা হায়বসি মমিং তাংবনা পোংকী ফজবা থাবগুম্বনি, মরোল খোক্লবনা পোংকী মহাউ তাকপগুম্বনি। অরাংপা কয়া লৈরবম্ম মিৎয়েং কয়াদগী য়েংবদি মীওয়বগী হৌনশানি।

লাইনিংহলগী শকলোন য়াম্মী। লাইপোক ওয়বনা খুংমাবা নুচিংবগী থবক্লা মরু ওয়না পাংথোকই। অহলগী মরৈশাক নিংবা, মথোনা-মরিংজেল, হৈ-শিংবা, ইং-তম্না, থিক্লিন খোৎচিনগনবা, অখাং-কনবা, শিবা কিদবা, তুংগী উবা অমম্মুং মিৎয়েং পাকপনা মীথোইবা অমগী মতিক মহায় ফুদোকহল্লি। অহলগী পুন্সি

অমসুং মহাক্না হেক তৌরম্বা পুন্নমক মরৈবাকনিংবা অমসুং মীতৈ ঈকপপু নুংশিবদা হাপচিনবা ঙাক্তুনি। মরৈবাকনিংবা হান্নবসিনা অহলগী পুক্নিনি, হকচাংনি, থৌরাযনি। কাছারদা লৈজরবসু মীতৈ লৈবাকপু নুংশিবা মীতৈনি হান্নবগী চাউথোকচবা, রারেং শৈরেং কয়াদা মহাক্না মতাং মতাংদা পন্দুনা শিংথারম্মী।

লাইনিংহল খুন্নাইগী শুকৗং শঙবা ( Psychologist ) অমনি। মযম মতম রেংঙুনা মীতৈ খুন্নাযগী অমোংপা শেংদোক শেমদোক্নবা (reformer) খুন্নাযযোলশুবা (Sociologist) অমনি। মীতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম চক্নুনা, মনুংগী খুদনা মপালগী অচাদা তাউঙুনা মীতৈ খুন্নাযবু মাংহনবা, শেল-থুমদা, মতৈ-মশিং তুন্নদা লৈখা তাহনবা, মীখা পোন্দনা হিংহনবা অসিনচিংবা পুন্নমক অসি কোংবা মীতৈ লৌচৎ (ধর্ম্ম হিংগৎহনঙুনা চং-হনলম্মী। ইঙুনা, চাংঙুনা অমসুং থবক তৌঙুন মীতৈ খুন্নাযবু অমুক শাগৎলম্মী। অহলনা ইরম্বা 'মীতৈ হৌভম রাবী অমসুং 'ঐগী রারেং"না মীতৈ খুন্নাযবু শেংদোকপগী অচৌবা খুৎলাইনি। "ঐগী রারেং" হাযরিবা লাইরিক অসিগুম্বা খুন্নাযবু অনৌবা য়াঙন পুরকপা ঙম্বা লাইরিক অনিগুনা অংলগী মতমদগী ঙসি ফাওবদা মীতৈগী লৈজদ্রি, মসিনা অমত্তা ঙাইবনি। লাইরিক অসিদা মীতৈ খুন্নায়গী শেল থুমগী শিভম শয়া লৈনঙুনা, লৌচৎকী মিংদা, হরাও-কুম্মৈদা শেল লান্না শিজিন্নবত্ন থিংনবা পান্দ্রে কযাগী লোয়নন্না ললনোনগু (Economist) অমগী মশকসু তাক্লি। শেল-থুমনা খুন্নায়বু য়োকই অমসুং চাউখৎহল্লি হায়বা পঙহল্লি।

অহলনা ইহান হাপ্না হিন্দুনা লান্না শেমজিনবা মীতৈগী বারী শিংবুল ( ইতিহাস ) বু চুমথোক্লমী। মীতৈদি পাখংবগী চাদা নাউদানি আর্য্য হিন্দুগী নক্তে খক্লমী। মীতৈগী লৈশেম বারী অমম্বং নিংথৌরোলশিংগী মখংদা সংস্কৃতকী মমিং হাপচিন ডুনা মোংহনলম্বদু শেংদোক্লমী। অশেংবা মীতৈগী বারী-শিংবুল ( ইতিহাস ) কী বাহৌদোক নীংথিনা পীরম্মী।

হিন্দু ধর্মনা চাংতম অনিগী মরক্তা শিংচেপ থারম্বদু, মহাক্না বারী-শিংবুল ( ইতিহাস ) না ইপা তিন্নবা, ইমা তিন্নদবা অমনা অমদা তিন্নবা য়াবা ঈরুপনি তাক্লুনা মীতৈ লৈবাক অসিগী পুকচেল অমত্তা ওয়নবা কংলারোল ( রাজনীতি গী যুক্ষমম্থু শেম্লম্মী। লৈবাক অসিগী ডুংগী পোমিং উদুনা পো শীলম্মী। মসিনা অহলবু কংলারোল ( রাজনীতি ) গী চনিং তানা বাখল খনবা মীশক্তি হায়বা খঙহল্লি মিংয়েং অশোমদা মহারা খুংমাবা অমম্থুং ৮ চিংবনি।

লাইনিংহল অথোইবা পুদিনশু (সাহিত্যিক) অমনি। মহাক্কী খে ৈর্জ, বারেং অমম্থুং শৈরেং অনিমক্কী হৈশিংবা পীডুনা মবৈ তৌহনা অচুম্বা উৎপনা বারেংগী শকওংনি, তোপ-তোপ্পা মইনি। শৈরেংনা: নিংতম্না ইবা শৈরেংগী মরক্তা শৈহেক-শৈদা (ছন্দ) নাইনা রাহৈ-খোঙথাং, না-পু তাবা মান্নবা ইবা শৈরেংনা অয়াম্বনি। শকপানবা ( রূপক ) চাংদমবা, ঈচেল নায়বা, অচম্বা রাহৈ রাতাদা রাখলগী চীংলেম্বনা হেনবা শৈরেংনা অয়াম্বনি। মহাক্কী শৈরেংশিংনা মহাকপু অশৈরেনবা ( মহাকবি ) নি হায়না

শকতাক্লি। রাঙ্রোল (দর্শন শাস্ত্র) গী অরাংবা রাখলগী লাইরিক কয়ানা মহাকপু অথোইবা রাঙ্স্থ-অশৈবা (দর্শনিক কবি) অমনি হায়বস্থ খঙহল্লি। মীতৈগী মনুংদা অতাংবনি।

অসিগুম্বা শকলোন নায়বা লাইনিংহল নাওরিয়া ফুলোনি। মহাকী থবকশিংবু মপুম ওয়বা মিৎয়েংদা য়েংলগা মহাক অসি মতিক ময়ায় চেনবা, হীরম কয়াদা হৈশিংবা খুৎমাবা অমম্বুং লুচিংবা ওয়বা, শিকুরবা মীতৈবু অনৌবা মপোক অমা পোকহনব। অমুক পোকপীবা মীশক অমনি হায়হুনা মীতৈ পোকপা (The Father of the Meeteis) কৌবা মিংথোল অসি কচ্চরি। মিংথোল অসিমক লাইনিংহলদা লৈতেংবদ, মতিক চাব, মিংথোলনি।

মীতৈ পোকপা (The Father of the Meeteis) লাইনিংহল, মতমগী য়াওনদা মীতৈগী থম্মোয়দা হিংহনা লৈরি হিংহুনা মতম চুপ্পা লৈখিগনি। মহাকী তাইবং ফাডবা মপোক নুমিৎ থোরানগী ২২ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎ ১৪ আগষ্ট) তনি। য়ায়ফরবা নুমিৎ অসিবু মণিপুর লৈঙাকপা (সরকার) না লোয়শঙ, মহৈ তম্ফমশঙনচিংবা পুম্নমক থোঙ শিংহুনা (ছুটি তৌবিহুনা) মীতৈ পোকপা (The Father of the Meeteis) লাইপোক ওসিবু ইকাইখুম্নফম থোকই, ইকাইখুম্নবা উৎহুনা মীতৈ পুম্নমক্কী লেমজবা উৎলসি।

---

## লাইনিংহল অমসুং মীতৈ খুন্নায় ( সমাজ )

—সোরা রঘুমণি

লাইনিংহল নাওরিয়া যুলোবু মিংথেং কযাদা য়েংনদুনা খোঙ্গান তোঙ নবা মশক তাক্লরি। মিংয়েং অমদা মহাক মীতৈ খুন্নায়বু নিংথিনা শকথংবা অমসুং খুন্নায়রোন ( sociology ) নৈনবা খুন্নায়রোনশুবা ( sociologist ) অমনি হায়না শিংথাদবা ঙমদে। অহলনা হৌগ্রবা, মাগী মতমগী অমসুং লাকদবা মতমগী ওয়বা মীতৈ খুনায়বু বুগ্না নৈনখি।

নিংথৌ পামহৈবা ( গরীবনিৱাজ ) গী হাক্তকতগী পোইরৈ লৈময়োন অসিগী রংয়েন পথাপ, লৌচৎ-পথাপ চৎনরোল কয়া মীরৈবাকচাগী মখুৎ চনখি। মীতৈ ঈনাৎ মুৎথৎখি। মীতৈগী হৌভম মরু ওয়াববা যেক শলাই মীগী গোত্রদা ওলহনখি, রারী-শিংবুল, পুদিন লৈরোং ( সাহিত্য কলা ) অফাউবা মীওয কয়াগী মরি মখোং মুৎথংতুনা মীগীনা মহুং শিনখি। মতম অদু মীগীনা শেমগৎ হিংগৎহনবা, এখোয়গীনা মুৎথৎপা অমসুং মাংহনবা মতমনি। অসুম্বা চহি ২০০ রোম মীতৈ মুং-পগী খাংচেনষম থোনা চংশিনকাখ। মসিনা ঈমারোল কাউ-হনদুনা মীরৈবাকচাগী যিজেৎ-চাকচা অমসুং মরোল শুম্লকপবু মতম অসি যাউবদা কবি অমত্তা থোবা য়াহনখিদে। অসুম্বা লাকপনা মীতৈ পুংমুং মুংখিবা য়াবগী ঙমখৈ য়োৱববদা ১৯৩০ ইংদা লাইনিংহল নাওরিয়ানা মীতৈ কন্নবগীদমক্তা অনৌবা ঈহৌ অমা পুরকপা হৌখি।

লাইনিংহলনা অম্বুম্না লৌখি, মহুদি নিংথৌগী অকনব চৈরাকনা হিন্দু ধর্ম্ম নমহুনা মীতৈবু চংহনখিবদগী মীতৈ খুননায় লৈখা তাহনখিবনি, মথক মখা ওনখিবনি। মতুংদদি মীতৈনা মীগীবু মশাগী ওয়না শেরান্নবা খনখি, মশাগী লৈচং (ধর্ম্ম) মাংহনখি। মীতৈ খুন্নায় অমম্বা খুন্নায় অমা ওয়খি ফিভম অসিবু শেংদোক্রুবা অহলনা মীতৈনা তাংজক্রুবা (অব্রাইবা) হিন্দু ধর্ম্মদা রায়েং চংহুনা নৈনরখ্বা। হায়রিবা লৈচং (ধর্ম্ম) অসিনা ইচাকতা, ইরললদা, পাঙ্গলদা, লৌশিংদা করি মাংডি, তোংডি, কাম্নরিব্রা কাম্নদ্রবরা নৈনাখ। অহলনা থংখি মীতৈনা তাংজক্রুবা লৈচং অসিনা নিংথৌ চৈরাক্কী শাকু কিবনা মপানথোংদা চংলবস্থু, পুক্নিংদা চুপ্রবা শাগোম্নজরকপা অশেংবা মীতৈ লৈচং (ধর্ম্ম) অহুবুদি কোকপা উমদনা লৈচংকী কিদমকম অহোংহন্দনা চঙ্ৎনা লাকলি।

মীতৈ খুন্নায়বু শেংদোক্রবগীদমক্তা অহলনা অহানবদা পাংথোক্কদবহু অম্বুম্না হায়রম্মী — "ধর্ম্ম হায়বসি ফিজেংনি হায়হুনা তত্তনা লাউজরিবনি। ধর্ম্মগী মউহু খুগাইক্রবগী থবক নত্তে, ময়াংগী ফিজেং লৌথোকতুনা মাংগী ফিজেং লৈতেংলসি হায়জরিবনি। অমুক অহলনা মখা তাবীরম্মী — "ধর্ম্মগী ফিজেং হোংবতনা মীতৈ চাউখৎপগী অরেপ্পা লম্বীনি।" হায়রিবা অসিমক মতমহুগী অমদি হৌজিক্কী খুন্নায়গী ফিরেপ অমম্থুং লৈচং (ধর্ম্ম) গী ফিজেং ওয়রিবা চংনবী হোংদোক্তনা চাউখৎপা য়ারোই হায়বা উরহুনা মাংজোননা হায়বীরম্বান। মীগীদা তাংজ্রবনা অশেংবা

মশক অহৎদি খংবা ওঘরে ; লৈচংকী কিক্লেং ওইরিবা চৎনবী, হরাও কুম্ম অহৎতবু লৈচৎ ( ধর্ম ) লৌনহৎনা খুন্নায়বু খংদবা ঈপাক্লা হোন্দূনা পুবীখরে। মী'তনা মীগী মরোলদা হিন্দু ধর্ম চৎপসিনা, মীগী মরোল নিংথিনা খংদবদগী লৈচংকী থাজফম খলকতে মহুগী মহৈনা লৈচৎ থাজদবা ওয়রকই, লৈচংতা শীংনরকই, থকশি খাশি নাযরকতে, খুনাযগী নৈখা তাবা ওযহল্লি।

অহনবা হায়রম্মী — "ধর্মগী মরমদা মী'তনা মহৌশাদগী শাগোন্নবা লাইনা লাইমাও ওইহন্রে। মযাং লাইবুদি লাইশেং ওইহল্লে, মা'তশপাক লাইফমবু হিংচাবগী লৈপাক ওইহল্লে।" হায়রম্মীবসি মীতৈ ঐখোয়গী অচৌবা অশোইবা লৈরে হায়রবা তাক্রম্মনি। মসিগী ওন্নতৈনবদা হাযবদি মীতৈনা মহৌশাদগী শাগোন্নরকপা লাইনা লাইশেং ওয়হল্লগা, ইরৈবাকপু লাইফম ওযহল্লবতা ঐখোয়গী খুন্নায় অসি চাউখৎকদবনি হায়বা খংহনলম্মনি। অহলনা অম্মম্মু হায়রম্মী— "মীতৈ লৈবাকনা লাইফম ( তীর্থ ) ওয়রবতদা মীতৈ ঐখোয়গী মালেমগী অরাবা কোক্লপদবনি।"

মীতৈ খুন্নায়দা, মী'তনা হিন্দু ধর্ম চৎলুবদা মীতৈরোলবু মাওংগুম নাইরা লাইরোল কয়া মীগী মরোলদা শিজিন্নবা মীতৈরোলদি শিজিন্নদবা, লৈখা তাবা ফিভমবু পন্দুনা অহলনা হায়রম্মী— "ইরোলবু মাওংদা হায়জিনড়না থাদোকলবদি লৈখা তানিংঙাইনি, ইরোল থাদোক্লবদি তুংদা ইপা ইপুগী হৌভম থীবদা অরাবা থৌরম অমা ওয়রগনি।" অমুকম্মু অহলনা

অন্নুম্মা পল্লম্মী—মীৎেনা মরোল থাদোকপা ছমগদবস্থু লৈতে" হশেংবনি, মীৎেনা মীতৈরোল থাদোক্তুনা হিংবা ছুম্নোই। "ইরৈবাক চাউথংনবা হোংনবদা ইমারোলদগী হেনবা লৈতে। ইরৈবাক অমস্নুং ইমারোল চাউথংহনবগনা এখোয়গী অচৌবা থৌদাংনি" অস্নুমস্থু অহলনা লাউরম্মী। মসিমক লাইনিংহলগী মরৈবাক নিংবা অমস্নুং মমারোলবু চাউথ হনিনিংবগী রাখলনি। মীতৈ খুন্নায় অসি চাউথংনবগী মরমদা— "থবক থৌরম খুদিংদা মীৎেরোল চংনরসি। মীগী মবোলদা ভাংহনা মীখা পোন্দুনা খুদোংথিবা লৈরিবশিং কোক্লনবা ভৌবিয়ু" হাযনস্থু অহলনা লাউরম্মী— অহলনা থম্মোয় শোক্লা, মীতৈরোলবু থৌশাবাদ্রবা মীতৈ খুন্নায়দা রাকংলম্মী— 'মহাক মহাক্কী মরোলনা মপু ইবুংঙোগী মিংথোল থম্নবা হায়বাসিদি শাগোন্নবা রানি। . মীতৈ-হদি মম্নাংবু বিহনা মরোম্না মপুগী মিংথে শোনিবা ঙমথিদ্রে।"

খুন্নায় অমা শেমগংপা হায়বাস শেল-থুমগী চিভম যগংতনা করিস্থু ছমলোই থংহনা হুজেকপা পীথোকপদনা হৈনবা থহত্রবা মীতৈ খুন্নায়বু বন্নবা হোংনখি। অহলনা হাযরম্মী— "হরাও-কুম্মে হেজিনখিবনা মীতৈ এখোয় মুংলবনি, পাঙল লৌশিং জন-হুন পুম্নমক লোইনা মমি শামখিবনি মীতৈ লৈখা তাখিবনি। ভাংজক্লবগনা এখোয়গী পুম্নমক মাংজখিবনি। অহলনা মতাং অমদা অম্নুম্মা তেংথারম্মী— "লায়রবা, লাইরিক-লাইশু হৈতবা হায়বসিনা এখোয়গী পুম্নমক মাংহনা লোয়রবনি। লায়রবনা মরম ওয়থিহনা অমবু অমনা নুংশিনদ্রে, ... পুক্লিং—তয়াংহনদ্রে,

ছুর'ন-চিন্থি নামথাকনা লমচং-শাজং ওইরে, মীতৈনা মিকপ থোক্লিবা মথৈ লায়রবগী পন্দুপ লোইররোইরে।"

ঐখোয়না ঐখোয়গী ওহবা পোংলম পুথোক্লুনা শীজিন্নদবা, মীঈদতা তাংহনা হিংবা অসিনা শেন-থুমগী ফিভম ফংহন্দবনি হায়চনা অহলনা অস্নম্না হায়রমী—"ময়াংদা নোনবসি তোক্লিবা মথৈ শেল-থুম ইখুত্তা পাযবা ভমগদবা লৈতে। লল লৈননবা থৌরম কৌরবস্থ লনথে ভ চাউনা হাংহনা থল্লবদা করিস্থ কাল্লদে, হকচাংদা কেমচনা তোকই।" মীকনা লীচং (ধর্ম) গী মিংদা অমম্বুং হর'ও-কুম্পৈদা লান্না শেল শিজিনৈন্ন। অসিদা অপেনবা লৈতে। অহলনা অস্নম্না হায়রম্মী "মীতৈগী শেল চংনবগী অরে ইবা নাযদে।" ঐখোয়দা মীনা তাংজরিঙৈদদি মসি থোকপা নত্তে, ঐখোযনা মীগীদা তাংজরুবদগী ফিভম অসি লাকখিবনি। খে ভকম অসি হন্দোক্লবকদা নৈখোয়গী মকম খুভবা ভমহনা চাওখংকনি। অহনলা হায়রম্মী "ইশাবু য়াইফরবদা পুম্নমকপু নুংশিবা ভন্মি"। মীতৈগী শেল থুমগী ফিভম ফগংহন্দুনা অনৌবা মীকৈ খুন্নায় অমা ওইহন্নবা অহন্না হোংনরম্মী, অওনবা অমা পুরকখি।

মীতৈনা মহৈ-মশিংগী লমদা শোথহৌরিববু পন্দুনা অহলনা হায়রম্মা—"মীতৈদি যাম্না নৈহগদবা ফুরূপ অমনি, কৈগদবা লম্বীদা পঙ্গাউ য়াম্না থম্বীরে।" পঙ্গাউ মম্নামসি নমখায়রবদি মীতৈ চাওখংকদবনি। পঙ্গাওশিংগী মনুংদা লায়রবা হায়বসিস্থ অমনি, মশিনা মহৈ মশিং তম্বদা অচৌবা অপনবা পীখি। মসিবু অহলগী

লোন্দা— "পুক থল্লক্ত্ বদা স্কুল, কলেজ পল্লগা তীল হৌরে। অহলনা খুন্নায়দা মহৈ-মশিংগী মকুওইবতু অস্নুম্না খঙহল্মী "জ্ঞান বিজ্ঞান হৈতবা অমসু খঙদবা মীওইনা লৈপাক্কী ফননবা থোরমগী পোমিং উবা ঙম্বা হৌনদে। হৈতবা অমসু খঙদবা খিবিক্লা লিংলিবা মকুপ অফ-নুঙ্ঙাইগী মকুপ্নি করম্না হায়গনি। অতুনা হৌজিক্তা মহৈ-মশিং হৈত্রবদি, ৱারী যাম্না তাদ্রবদি শিং হৈত্রবদি পানবা য়ারোই খঙহনা লোশিংগী তাইবঙদা ঐখোয় মীমাম্লনবা হোৎনবা তাই। হেন্না শিংলবদা, ইনাক খুল্লবত্তদা মীনা গঙবি-গদবনি। খূনায়গী চাওখৎপদা নুপা-নুপী খায়দনা মহৈ-মশিং হৈমিন্নবা মথৌ তাই হাযবা অহলনা মাঙজোননা খঙবীখি।

খুন্নাযদা লৈরিবা নুপীগী যিভমবু পন্দূনা হাযরম্মী "নুপীনা লাইব্রিক হৈরবদি লোম্না চে পাউ ইনৈ হাযত্নুনা মচা নিঙেলশিংবু লাইব্রিক ময়েক উহন্দে।" অহলনা নুপীশিংবু লাইব্রিক লাইশু হৈহন্নিংঙি, হৈননবা পুক্রীং থোগংলম্মী। মহৈ-হৈতুনা নুপী খুন্নাযবু লৈবাক্কী চাউখৎপদা শরুক য়াননবগী তঙাহ যদবা লে তাব্রম্মী। হৌজিক ওইরিবা মীতৈ খুন্নায়দা নুপীনা লাইব্রিক লাইশু তঙ্গদা খুমাঙ চাউশিনবা ঙম্লিবসি নাওরিয়া অহলগী লমজিংগী মনুংদনি।

নাওরিয়া অহলনা মীতৈ খুন্নায় অসিবু মরা চেৎনবগীদমক্তা যেলহৌঙেদগী হিংমিন্নরিবা চৌংমী তম মী অনিবু খাযবুংনহল্লিবা অসি অমত্তা ওইনা পুরক্লবগীদমক্তা ৱারী-শিংবুলগী অশেংবা মশক তাক্লুনা হায়রম্মী—"হাওগা মীতৈগা পা-তিন্নবা, মা তিন্নদবা থোকই। অতুনদি মহেৎয়না, ঐখোয়দা তিনবা য়াফম যোকহ,

ঐখোয়নস্থ মখোয়দা তিনবা যাফম থোকই। হাওগা মীতৈগা, মরি-মতাং থোকই হায়বসি মসিদা খঙনৈ।" মচিনচৈদদি চৌং-তম ইশা অমত্তা ওইনা খোইজেল লিংজেন তিন্নবা, পুক্রীং লিচিং মাপ্পনা পানমিন্নরকপনি। অতুনা হৌজিকস্থ অমত্তা ওইনা হিংমিন্নগদবনি হায়বসি অহলগী ৱাখলনি। মহৌশাদগী লৈমিন্নরক্রবা চৌং-মী তম-মী অনিগী ৱারা-শিংবুল ইতিহাস) না লৈবাক অসিগী ৱারী শিংবুল শেপ্লিবনি।

মীতৈ থুন্নায়বু নাও রবা অহলনা কুপনা নৈনবগা অ শাইবশিং শেমদোক্রবা হোংনরম্মী। মীতৈবু চাউথংপা খুন্নায় অমগী ঈরুন্নি খংহনবিংলম্মী। মালেমদা মীতৈগী তোপ তোপ্পা মনাং, মশিন, লোল, ময়েক লীচং, কংলৈরোল পুদিননিংবা নৈনবা, মীখা পোন্দনা পাঞ্জরকপা অমনি হায়বসি থিজিন্দূনা খংহনবা বম্মা। লৈখা তাবা থুন্নায়বু অওনবা পুরকখি।

মীতৈ থুন্নায়বু চাউথংনবা অহলনা হায়রম্মী— "মীতৈ চাউখংনবা মীতৈ হৌরকপগী মরি মখোং যিথম থোকই। তেংবানব-সিদা অতৈ অতৈ মীগীদি মহাক মহাকী মথম খংনখ্রে শোংথ-হৌরিবদি মীতৈ ঐখোয়তনি।" অহলনা অমুকস্থ হায়রম্মী— "মীতৈ ইচিন-ইনাও পুম্নমক্না পুক্রিং লিচিং অমত্তা ওয়না পাংথিং মাপ্পনা লৈরবদি করিস্থ নৈনবা মীতৈবাকচানা মরম পুম্নমক্না থুত্থম চন্দুনা থম্লিবসি ঙমলোইদবনি।" পুকচেল অমত্তা ওযনা মীখা থাদনা হিংনবগীদমক্তা হায়বম্বনি। মীতৈনা মীগীদা তাংদুনা লৈরিবসি থাদোক্রবা অহলনা হায়রম্মী "মীতৈ ঐখোয়গী মথম

খংবা হায়বসি হৌজিক অসিদা ওম্বোক্লা অরুবা থৌরম অমনি। মীতৈ ঐখোয়গী হৌভম অসিবু হেক হায়বা উমদ্রবদি মীতৈ ঐখোয় অরেম্বদা তাগদৌরে। মীগীদা তাংজবা হায়বসিদা নুপা মচাগী থৌদাংদি থোক্কে। মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপুদি আর্য্য নত্তে পাখংবা, সনামহীদগী হৌরকপনি হায়রগা খোয়গী কর্রিস্মু চেংপকদবা লৈতে।" অম্মা অহলনা তাকপীরম্মী— তেংবানসিদা শিন্না থুংনা ঐগী' 'ঐগী' হায়দুনা নিম্নরকলে মীগীনা ঐগী ওয়বা যাদে খংনবকলে, লোইনা শিংনরকলে, শিংনরক্রবা মতমসিদা কনানস্মু মীগী মনাই ওয়দুনা নৈনিংলবত্রে। কনাস্মু মীভোন্দা ভাংজদনা লৈগে নিংঙবত্রে। অশিংবশিংনা থাকলম্বা নমথাক পূমমক থদংপা হৌরে ঐগী মীগী লোইনা খংনরকলে"

অস্নমা নাওরিবা অহলনা খুন্নাযবু কুপ্না নৈনখি অমস্নুং লমজিংখি। লাইনিংহল অথোইবা খুন্নাহরোল শুবা S c ologi t) অমনি। মীতৈ খুন্নায়গী মাংখিগদবা পুংজাদা মীতৈ কন্ননবগী-দমক্তা নিংবা কায়রবা পামহৈবা নিংথৌগী মংমগী মীতৈ অহল-লমনশিংগী থৌরাং মিরেলনা সাযোনলকখিবা মীথোই মপোক অমনি। অগননা মীতৈ খুন্ননায়বু অওনবা পুরক্লম্মী, অওনবা পুরকখিবা অথোইবা মীশকনি। অসিগুম্বা মীশক অমবু ইকাই খুম্নবা উংপা হায়বসি ঐখোয়গী ইথৌনি।

শিদ যাথং পুক্তনা নুংশা থিবগা লোয়ননা মরুপ মপাং পুম্নমক হৌরো হৌরো লাউজবা তাবীবনা তাবীদে খঙবীবনা খঙবীদে। ভুম্না য়াদে মতাগুম ওনশিন-ওনশিন শাটরকই। শাউরে খন্না থনমই, মথা তানা ভুমহৌই। য়াকায়রোনগী মীকৌ খোঙ্জেল ত রগা হুরানবনা মিং শিংখি পোংয়োম চেংনা কোন্দুনা গাডী কপ্পা খোগং খি। মীতৈ মচা মথৈনা অরেম্বদা ওইহৌই। মপুম থিংনা কপহৌই।

চহী ৩০০ গী মতুংদা, মথং মথং হৌদোক্নবা লাউন খোংনবা মখোন্না ভুম্না য়াত্রবা মীয়ামহু মমিং নোইনা, মিংশাং কোংপা নংদনা "শোমদা, শোমদা" হায়রুনা মায়কৈ মায়কৈ খুৎথিননা মদোম মদোম চেন্নবি। উহৌ, খঙহৌ যাকাইবা মরা-মপাও হুংলমদ্রে। করি লৈবগে খন্নদ্রে। ছাওনা কৈফনা চেন্নরে। থৌনা ফবা নহানা খুত্তা চৈতুপ পায়রুনা ফিংনা লাউনা থোরক্রে। লমন খুমগে ছায়বক্রে। হুরানবা মশক থ-লক্রে।

অহবু লাইনীংহন ইবুংঙোগী তরং লাইপাওনা তাকপীরি, য়াইফরনা ইবুংঙোশিং, "ইপু শিদবা য়াকায়রো, ইবেন শিদবী থাগোললো অগ-নুংঙাই গংজরো, ভূরেল লাইজ পাথনি। খুয়া তপ্পা থাবিও, মিংযেং চুম্না যেংবীও।"

ঐখোয় কুইনা ভুম্নুরবনিনা হৌজিক অমুক ভুমদনা শুবা-নোম্বগী মথৌ তাই। হান্না চেনখিবা থেবগী অচেংবা যেংহুনা তপ্পা চেনবা থেঙ্গুনা লমজেন থোইখি। অযুক চেনখিবা নোং-বানবু নুংথিল চেনবা খম্বনা থোইখি। ঐগীনা করম্বনো মীগীনা

করম্বনো খঙনা শূবা নোম্বা নত্তবা লম্বী লৈতে, লাইনিংহনগী লোন্দাদা "চহী ২০০ বু তুম্বা হৌনদে যাহৌরসি ইভোশিং"। মুন্না য়েংলগা, খোঙথাং চয়া থাংলবদি পান্দমযমহ্ যৌগনি। "খুম্না তপ্না থাবিও, মিংযেং চুম্না য়েংবীও।" মাঙদা চেনবা লাইজদো ঊরাই কনবা তুরেলনি।

---

## লাইনিংহন নাওরিয়া ফূলো লাইপোকনি

—সাপম ইবোপীশক

উবিপোক, অচোম লৈকাই।

মীতৈগী কংলৈরোন, পুয়া পুম্নমক মৈ থাগ্রে। মীতৈগী অপোকপা খুরুম্বা, সনামহী, লৈমরেল ঈরাৎপা, উমংলাই হরাওববু ভ্রমধারনা কুসংস্কারনি হায়জিল্লক্রে। ঈনিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র, চন্দ্রকৃত্তি সনা হাক্তক্তা ব্রহ্মরত্ন মাপলগী সভা যমঙনা মীতৈগী লাইনীংলম্বী মুংৎনবা হোৎনরক্রে। ঈনিংথৌ চুরাচান্দগী মতমদদি ইম্ফালদা লাই হরাওবা, মোইরাং কংলৈরোল শকপা যাওবা থিংগ্রে। "ধরনী সংহিতা" "পুয়া মৈহৌবা" কচিংবা লাইরিক কয়া অমা শেমজিল্লক্রে। মীতৈবু আর্য হিন্দুগী চাদা-নাউতা ওইহন্নবা হোৎনরক্রে। মীতৈ নিংথৌবু অর্জ্জুনগী মচা ইবুংঙো বভ্রুবাহনগী মচা ইবুংঙো মনিদত্ত, মনিভদ্র কৌবা মচা অনি পোকই। মীতৈগী লাই সনামহি পাখংববু মনিদত্তগী মচানি হায়জিল্লক্রে। নিংথৌগী পাঙলগা লোয়ননা ময়াং বামোনশিংগী হোৎনজমন ওইনা মীতৈ পুম্নমক মপালাই-মপুলাই কাউশিল্লক্রে। পারী পুরী মকম

থওলক্লে। মহাভারতকী লাঙ্গাওদা লানণ্ডম পজেং ফীরান থেংগ্রব, অর্জ্জুনবু তুহনবা ওম্বা, মাগী মজা ইবুংঙে বক্রুবাহনগী চ'দা-নাওগানি হায়বদা মীতৈশিংনা পুক্লিং তুজুং হরাওনরক্লে, মশানু মীতৈনি হাযবগী নত্তা মণি থোকফম, মণি লৈফম) মণিপুরদা লৈবা মণীপুরীনি হাযজরগা নোকচবা হরাওজব ওমজরক্লে।

অসিগুম্বা মতমদা কাছার বাত্রীবোন লাইশ্রম খুন মমাঙ লৈকাইদগী মীতৈ অহল অমনা লাকরকখি— "ঐখোয মীতৈনি"। অহল অনুগী মমিংনা নাওরিযা ফুলো বোই। মহাক্কী ছ'ঙ ওইবিতৈগী পুন্সিনি— "নীজ অক্ষর কি", "নীজ দেবতা কি"? বাঙ্গালী ভদ্রলোকশিংগী মী উশিত্তবা কাবেংবা রাহংনা অহনগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনখি। অহন্না রাহংশিং অফিগা পাউগুম পীবদি ওমখিদে মপুক্লিংদদি ওলাখি। অহল হওবা কোনব হৌরকখি। কোয়না শাৎনা থিরকই। লাইনাংবা অহল অমগী থোজাল ফংজখি। মীতৈ ঐখোয়গী যুমলাই ওইনা নৈরিবা সনামহীনা:— "ঐ লৈরিবসিদি, অমনা ঐনি হাযবে, অমনা শিনথুংখ্রে, হৌরো হৌরো পারিখোয" হায়না মপুগী পাউনা য়াকাররক্লে। মতম অসিদা অহল তাইবং রাখল ফাওবক্লে। লাইনিংথৌ সনামহীগী থোজাল ফংখিবনা কনা কিবা লৈখিদ্রে। লাইনীং লম্বীগী মরমদা যেৎনবা খুদিং মহাক্কনা ওমখ্রে। মাগী রাঙাং ককপা ওম্বা মণিপুরী অমত্তা লৈরক্লে। মখুক ফত্তবা মীনুংহুৎ থরনা অহনগী পুন্সি তেমশীংনরকখি। পুমমক অরেম্বা

তাখি। মীতৈগী লাইনীং লম্বী পাল্লা চাউনা নোংম-নোংমগী শন্দোরক্লে। মহাকপু থিনা ঙাংলম্বা, মহাক্কী পুন্সি তেমশিংলুবা মীওয়শিং ফাওবা অহন্দা চঙলক্লে। "ব্রাহ্মণ লৈরি বেদগী, মীতৈ লৈরি ইমারোলগী—মীগী লাল্লি হায়রজদে, ঐগী চুম্মি নীংজদে, তোঙানবগী শাগৈদা লৈগে হায়না নীংজদে— মীগী চৈরাক কিবনা ইপা ইপু মীরাযজদে—মীতৈগী লুপ্পবা লাইরাবু মীরায়বা চুমদে" হায়না মযম মযম খুদিংদা শৈরাংলক্লে।

নেপালগী নিংথৌ শুদ্ধোদনগী মজা ইবুঙো গৌতমনা হনুবা অমা, অনাবা মী অমা, মী অশিবা অমা উরুরে। মাহূ উরুবদগী; তাইবং মীগী অরাবা কোরুবা পাম্নে থীবা চৎখ্রে। মচানুপা র হুল পোক্লবা মতুংদা মাগী নুপী যশোধরা হুন্দোকপীরম্লে। চহী কযা চাদ-থক্ত লাইনিংউরে। মমৈদা পুক্কী অরাম্বা খাঙবা য়'রক্ত্‌হুনা মীরক্কা চংলক্লে। পুক্কী অরাম্বা কোকহল্লে। কাইনথংদা গয গী খোংনাং বট অমগী মখোংদা হীরী কোনবদা বুদ্ধ ওইখ্রে। অহুগী তুংদা বৌদ্ধ ধৰ্ম্ম শন্দোরকখি। যেরুশালেমদা পোকখিবা যীশু চীংথক অমদা নুমিৎ ৪০ নি চাদ-থক্তুনা হীরী কোল্লুরগা খৃষ্ট ওইরগা খৃষ্ট ধৰ্ম্ম শন্দোরকখি। "আই এম দি সন ওফ গোদ" হায়না তাইবংগী য়াইফ-পাউজেল চেল্লকই। মহম্মদ মেক্কাগী চীংনুং অমদা নুমিৎ কয়ানিমকুম হীরী কোল্লুরবা মতুংদা অল্লাহগী পাউতাক ফংখি। অহুগী মতুংদা ইসলাম ধৰ্ম্ম শন্দোক্লমই। মতৌ অহুম তৌনা মালেমদা ফাওখ্রিবা পুম্নমক লাইপাও তারবা, মশামক লাইগী হাকথং মচা মনাই ওইরবা মতমদা মপুগী পাউ

শন্দোকখিবা ঙাকনি। মতৌ অস্নুম্না মীতৈগী লাইনিংহন নাউরিয়া ফুলোনা ঝাত্রী বন্দা হীরী কোল্লকই। নোংপোক মাইগৈ ওন্দুনা চীংথৈরোনবু চোঙকই। মতম অসিদা "অমনা ঐনি হায়রি, অমনা শিন্থুংখ্রে হৌরো হৌরো পারাখোই" হায়বা লাইপাও অসি তারকই। লাইপাও অসি তারবা মতু দা মীতৈগী লাইনিং লীচং শন্দোকপা হৌরকই।

হিন্দুশিংনা যুগ অবতারগী মনুংচন্না থম্লিবা "গৌরাঙ্গ" গী অহানবা মিং "নিমাই কৌই। মহাক্না যাম্না কা হেন্না নুংশিজবা "লক্ষ্মী" কৌবী নুপী অমু লিন্না চিকুনা শিখ্রে। লক্ষ্মী "প্রেম" অমু কাউবা ঙমখিদে। মমা ইবেম্মা "শচী" না মাতু কাওবা ঙম্নবগী-দমক বিষ্ণুপ্রিয়া কৌবী মশক মতৌ ফজবী নুপী অমা লুহাংবীরে। মাতুনম্নু নিমাইবু লক্ষ্মীগী প্রেম অমু কাউহনবা ঙমখিদে। বিষ্ণুপ্রিয়া থাদোক্লম্রে, লক্ষ্মী কায়নবগী মৈচাক্না নিমাই প্রেম পাগল ওইরক্লে। মথৈথংদা লক্ষ্মী প্রেম অমু হরি প্রেমদা হাপচিনখ্রে। অথোইবা প্রেমানন্দ কংখরে। মতম অসিদা মহাকপু গৌরাঙ্গ মিংথোলনা থংনরক্লে। মতম অসিদা ইসলাম ধর্ম্মনা লাকথুবীরবা হিন্দু ধর্ম্ম অমুক হিংগৎহন্নবা হোৎনখি। গেরুরা মচু শংবা ইসলাম লুংগী শেৎচিলে, ইসলাম টুপী উপশিল্লে। নাকন্দা ঝুলী য়ান্দুনা পাঙল খুল্লক্না ভিক্ষা নীররে। 'অল্লাহ গফুররে, সারঙ্গ ধররে, তুয়ার চরণে মোর মন লা" অস্নুম্না ঈশৈ শকই। মশক ফজবা, নায় হৈবা অচৌবা শাগৈগী ব্রাহ্মণনি। মানা তৌথোক্লকপা খুদিং পকচৈ। পাঙল কম্লাইবশিং ঙাংনরকই—

হৌজিক থাওগী মতেংনা হাতু্না কীহন্দুনা ইসলাম ধর্ম শন্দোকপগী মথৌ তাদ্রে। হিন্দুশিংগী খুল্লক্তনা ঈশৈ অমা শকই— "লা গৌররে, সারঙ্গ ধররে তুয়ার-চরণে মোর মন লা গৌররে হরে কৃষ্ণ কেশবায় যাদবায় নমঃ" জগন্নাথ মিশ্রগী মচা ইবুঙো নিমাই অসি নহা ওইনা সন্ন্যাস ধর্ম চংখ্রে পাম্মুইদা শোয়রহৌই। হিন্দুনা ওনখিবা মুসলমান খুল্লক্তা হিন্দু ধর্মগী মরমদা য়ারেং ফোংবা হৌরকই। ইসলাম্না অল্লাহ্ হায়বা নামদো হিন্দুদা কৃষ্ণ হায়বনি। অস্মুম হায়গুনা মুসলিমশিংবু হিন্দুরোমদা হন্দোকহল্লকই। সনাতন্ জোগাই মাধাইনচিংববু হিন্দু ধর্ম-রোমদা অমুক তিংথোরকই। সর্ব্বভৌম ভট্টচার্য্যবু তর্ক তৌনবদা মাযথিবা পীগ্রবনি। মতৌ অস্মুম তৌনা মুখরক্লবা হিন্দু ধর্ম গৌরাঙ্গনা অমুক নৌহৌনা হিংগংহনবা ঙমখি। মহাকপু যুগ অবতারনি হায়না গৌরীয় হিন্দুশিংনা ঈরাংনরি।

লাইনিংহন নাউরিয়া ফুলে মীওই মীতৌ ফবা মশক ফজবা ঘুপানি। ফুন্দ্রেনা খেংপগুম মশা নান্না চুং ফীরান চানা যজ্ঞ হায়বদগী মহাকপু ফুন্দ্রে হায়নস্থ কৌই। লাইনি খৌ সনামহৌগী মঙাল ফংলবা লাইনিংহলনা মীতৈ লাইনিং লম্বী শন্দোরকই। "ঈশ্বর হায়বা মিংথৈদো অপোকপনি হায়গনি" য়ারেং অসিনা য়ুক্ষম ওইহুনা য়ারেং কয়া কোংলকই। হিন্দুদা জাৎ তাক্লরবা মণিপুরীশিংবু মীতৈ ওইহল্লকই। লাইনিংহন্না খেংনখিবা জোগাই-মাধাই কয় ন। ঈপাল শাবা খৌরম অমা চংনুহুনা হল্লক খুল অহৃগী মীওই পুন্নমক্লা ফুলো ফুরো হাংলো" হায়ন, লাউহ

জোগাই মাধাইগী শকফম লৌরকই। লাইনিংহনগী ৱাৎচংনা, অইবা চেনা ময়াম অদু শুমহংলম্মী। থিংগোম খুলগী য়ুমশেংবা থোৱম অমগী থৌদোক্তা লাইনিংহনগী মচা মনায়শিংবু জোগাই মাধাই ময়াম্না কোইশিন্দুনা থমখ্রে। অৱাবা ফীভম ওইখ্রে। মতম অসিদসু লাইনিংহনগী খুঁজিন থৌৱাংতনা মচা মনায়শিংবু কনবিখি। অহলনা বৈথেল কারুবা হল্লকই। মথন্তুনি, নুমিৎ তাৱে। নুমিদাংগী অমম্বদ লৌবুক লমহাংগী লম্বীদা ঝাত্রীবন লৈবাক্তী জোগাই-মাধাই ময়াম্না লাইনিংহনগী পুক্সি তেমশীংনরকপনি। লাইনিংহন্না মীকোন লোনগী পাইস্বতনা ময়াম অদুবু কিহনখি। "ফুলো লাইনি" হায়গনা অমম্বদা চৌকমাংনখ্রিবনি।

ইনিংথৌ চুডাচান্দ যাওবা মীফম্মি। রাজ পণ্ডিত অতোম্বাপুনা লাইনীংহল ফুলোদা ৱাহং কয়া তৌখ্রিবনি। ৱাহংশিং অদুগী ককপা চুমদ্রবা পাউখুম কয়া পীখ্রবনি। শ্রীমদ্ভাগবতকী মতাং য়েংনরকপদদি লাইনীংহন্না থম্নুং কাংলোনগী ৱাহন তৌরকই। রাজপণ্ডিতনা মপানগী অর্থ তৌরকই। শ্রীমদ্ভাগবত চৌন্দা পুবা লাইনিংহন্নি। লাইনিংহন্না শ্রে কী অর্থ তৌরকপা—রাজপণ্ডিতনা মহ ককপা চুম্লক্তবা উবদা ইনিংথৌ চুডাচান্দগী মাযথোং লাংশিনখ্রবনি। পাইস্বে লৈত্ৰবা রাজপণ্ডিতনা বেদ মানিদবা ফুলো মাংলে, কাছার লৈবাৱা মহাক্তা তিন্নবা য়াদ্রে। হান্ননা কাছার লৈবাক্তা ইস্বোক্তুনা লৈরবা লাইনিংহন্দা রাজপণ্ডিতকী য়াথং অদুগী থোইদোকপা অর্থ থোকখিদে। য়াম্না নুংঙাইরিবদি ইনিংথৌ চুডাচান্দনা হায়রকই :—"ফুলোনা মাংবা তারবা, মাগা

তিন্নবা মীনা মাংবা তারবদি খ্বাইদগী কনা মাংবা মী অহ্ ঐ ওইগনি।" যাম্না চকইবদি কোন্থু গী ব্রহ্মসভাগী কোবংলেন ওইরিবা রাজপণ্ডিতকী য়াথংনা অমা। য়াথং অনি অসি অমনা অমবু ককথংনবা যাথ নি। মসি থোকংঙ্গিবা লাইনিংহন নাচিনিবা ফুলোগী মখক মযায়নননি।

ঐনা মথক্তা নৈনজরিবসি গৌরাঙ্গগী পুখিদা মহাক্না পাণ্ড-থোকখিবশিং অন্থুগুম্না কয়া লাইনিংহন নাওবয়া ফুলোম্ম পাণ্ডথোকখি অনিনীনি। গৌরাঙ্গনা যুগ অনন্ন ওংরাদ লাইনিংহল ন ওরিবা ফুলোম্ম যুগ অবতারনি।

যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি
ভ রত অভ্যুত্থানম তদাত্মানং সৃজামাহম্
পরিত্রাণায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে।

শ্রীমদ্ভগবত গীতা )

ব্রাহ্মদিঃ—নর্থনা শোযরক্লবা, মাংথবকনা মতম অদা বম অহন্থ শোগংনবদি দমক ঐ ইশানা ইশামশু শেমজে। স দুশিংবু নানবানবা, ফওবা তৌবশিংবু মাংহনবগীদমক ধর্ম্ম অন্থুব শেম হং-নবগীদমক ঐনা যুগ যুগ থুদিংদা পুমথরক্ত।

মালেম অসিদা ধর্ম্মগী মশক ডবা থংলক্লে, ধর্ম্মগী ঈরাং থোরম তৌরিবা মীওংশিংনা থাওনা ধর্ম্ম মশক খত্তলক্লে। মখোয়গী অচাউবম অমাদি অচৌবম থহনা য়েংহনা লৈক্লে। লাই কানবা পাম্মবু লাই ওইনা উরক্লে। লাইদগী লাপথোরক্লে।

মখোয়না অচাউরম অমসুং অচারম ফংনবা হোংনবদা হীংচাবগী শক্তম লৌরক্তে। "লাইদা যাম্না কংলু, লাইরৈবাক্তা পৈথনা লৈরমগনি" হায়বা অসিত্তা থাজহন্নবা হোংনগ্রবনি। লৌশিন্নবা, মচাক মরল পৈশিন্নবত্তা হোংনখ্রে। লাইগী লাইরমদি তাকপা ছমদে। মখোয় মশামক ফাওবা লাইরম খঙদ্রবদা অতোপ্পদা করি তাকপা ছমগনি। মরুওইনা মীতৈশিংদি লৈখা তাখ্রে। হিন্দু ধর্ম্ম হেক চংলেদগী মীতৈদি লাইনিং লম্বী খঙলক্তে। লাইনিং লম্বীবু খঙদ্রবদি মপাঙ্গলমসু শোল্লে। মরৌশিংসু রাংলক্তে। মচাক মরল তানবদসু মঙম শান্দ্রে। হিন্দু ধর্ম্ম চংলেদগী লাই ফংনবা মীওয় অমত্তা ফাওবা থোবক্তে। মীওয় খবক্তনা সুংদোইনা পানখ্রে। অযাম্বনা লৈত-লাইরগী কোমদা পুন্থনা লৈবে। হিন্দু ধর্ম্ম অসিদা টিংথনা লৈখ্রে। সংসারনা "লোভিক লোভিক, সাইন্স সাইন্স হায়না নোংথাংগী ফীরাল ত উনবক্তি। মীতৈদি মসিবু বৃন্দাবনগী আবের খেলা ওইনা টাখ্র। হিন্দু ধর্ম্ম হেক চংলুবদগী মীতৈদি অরাবগী মখা পোল্লুরে, মীতৈ লৈবাক চক্তী কবেং খঙ্গাকলুরে। বৃটিশকী মখা পোল্লুরে। মযাংগী মীখা পোংদ্রে। অসিগুম্বা মতমদা "লাইনিংহল নাউরিযা মলো" থোবকই। পীথোকপদা হালেংবা লৈত্রবা মীভোন্দা লান্দ্রগা লোইবে, ঐভোন্দা লানবদি লাজসমু হায়না পেন্দুনা লৈরবা, সাধু পুরুচেল চেল্লবা মীতৈশিংবু কনবীনগীদমক অতুগা মথোয়গী মাঙনবত্তা তৌরম্লিবা কল্লবা মীওয়শিং অসিবু মাংহন্নবগী-দমক মীতৈগী মুংলুরবা লাইনিং লীচং অসিবু অমুক নোনা

হিংগৎহন্নবগীদমক লাইনিংহল নাউরিয়া ফুলোনা লাইপোক ( অবতার ) ওইনা কাওবীরক্রিবনি।

কনাগুম্ব' মণিপুরীশিংনা গৌরাঙ্গবু অবতারনি ( লাইপোক ) হায়বসিদা যাম্না হরাউই। অদুগা নাউরিয়া ফুলোবু লাইপোক্রি হায়বদা যানিংদে হুগংলি। মুসলমানন্না হিন্দুশিংদা নৈখিবগা, হিন্দশিংনা মীতৈদা নৈখিবগা, অনী অসি চাংদম্নরবদি হিন্দুশিংনা নৈখিবনা যাম্না হেল্লি। মুসলমানশিংনা হিন্দুশিংবু থাঙগী মতেংনা কিহন্দুনা মুসলমান ওইহল্লবস্ম মখোযগী বেদ পুরাণশিংবুদি মাঙহনখিদে। হিন্দুশিংনা মীতৈশিংবু ফুডুনা হাক্না কিহল্লগা হিন্দু ওইহনবতা নত্তনা মীতৈগী পারী পুরী খোঙ্গুল মুখংনবা, লাইনিং লম্সী মফম থংখিদনবা, মীতৈগী রারী লাইযেক, কংলৈরোন পূযা পুম্নমক নমতুনা মৈদা থাদোকখ্রবনি। হিন্দু ওনখিবা মুসলমানশিংনা মখোয় হিন্দুদগী ওল্লকপনি হায়বসি কাউনদ্রি। গৌরাঙ্গ মশামক অরাংবা ক্লাসকী হিন্দু ব্রাহ্মণ ওইদুনা লৈরি। মহাক্না থেংনখিবদি যু ডংওরবা জোগাই মাধাইদনি। নাউরিয়া ফুলো মশামক হিন্দদা জাং তারুবে। হিন্দু ওনখ্রবা মণিপুরী হিন্দু পুম্নমক মশাবু মীতৈনা ওল্লকপনি হায়বসি কাউথোকখ্রে। "নখোয মীতৈনি ইমারোলনা লাই নীংশসি" হায়রুবদা নুপী অডাং, লৌরী-শিংজা কা শোকলুবদগী হেন্না শাউনখ্রবনি। রাফম অসিগীদি অপোকপা, মীতৈ মরূপকী ইতিহাসনা লেংদবা চুক ওইরবনি। নাউরিয়া ফুলোনা থেংনখিবদি জোগাই মাধাই মরাম অমনি।

অন্থ ওইরবদি মশামক হিন্দু ব্রাহ্মণ ওইদুনা লৈবিদ গৌরাঙ্গনা শেম্ভদনা লৈববা বেদ পুরাণ পায়দুনা, হিন্দুদগী ওল্লকপা মুসলমান্নি হায়বা কাউদ্রিবা মুসলমানশিংবু হিন্দু ওনহনবগা :— মশামক হিন্দুদা জাৎ তারুরবা লাইনিংহল নাউরিয়া ফুলোন, মৈ থাদোক্লুনা মাংহনখ্রবা কংলৈবোন, পুয়া অযুক কোইনা শংহন, খিজিল্লরগা মীতৈদগী ওল্লকপা মণিপুরী হিন্দুনি হায়বা নীংশিংবা থোক্তবমখৈ কাইক্লরবা হিন্দু মণিপুরীশিংবু মীতৈ ওলহনবগা— অনি অসি করম্না হেন্না লুবা থৌদাংনো হায়বত্ত অপাবশিংন, নৈনবিয়ু। ঐতদি হায়জনীংই :—

নাউরিয়া ফুলো লাইপোকনি
লাইনা থাবা মীওইনি
মীতৈ পোকপা পন্থৌনি
অপোকপনা য়াইগরে।
শিদবনা য়াইফবে।

---

## লাইনিংহল অর্থসুং লনজোন (অর্থনীতি)

—লোইতোংবা মোহেন

লাইনিংহল নাওরিয়া মীতৈগী শীংথানবা য়ারবা, অথোইবা খুন্নায়বু শেংদোক্লম্বা ( Reformer ) অমনি। নাওরিয়া অহন মানা ব্রাখল তারকপা মতমদগী মুৎলুগদোরবা মীতৈবু কন্নবা অরেম্বা লৈতনা হোৎনরকই—লাইরিক কয়া ফোঙদুনা মরূপ লিংখত্তুনা

কোয়না কয়া চত্তুনা, অখন্নবা য়ারেং কয়া ফোঙহুনা। অনৌবা ( লৌচৎ ) ধর্ম্ম চৎলবা মতুংদা মীতৈদা ওইরকপা লনলোন ( অর্থনিতী ) গী ফীবম - মসিগা লোয়ননা হিন্দু ধর্ম্মগা মরি লৈনবা হীরম থোদোক খুদিংদা অবেম্বদা শেল তিংলকপা পূম্নমক অসিগী মথক্তা মীতৈ অমনা হেক পোকপদগী শিবা ফাওবা, মতুদগী হেন্দোক্তুনা শিগ্রিবা মী অতুগী কুমওনগী ফীরোক ফাওবদা খরেপ্পা লৈতনা শেরান্নুনা থাজবা ( অন্ধবিশ্বাস ) দা পূক্নীং থমতুনা ইশাগী হুমাংমন্না তাজবা, লৈবা খিবিক তিংথোকপা লাইনিংহন্না শংশংনা উর্খি, ফাওখি। হৌজিকবা মহৈ ওইনা মীতৈ লায়রা তানখিবা, মচা-মশু, তুংগী ইরৈবাকী যুগ্নীরেন অথোয়বা ওইরগ-দৌবশিংবু িংথিনা শেম্বা ঙমদনা মীখা পোন্না, য়ানা হিংলম্বশিং অহলনা থেংনখি। ফীবম অসি মীতৈনা তাবা মপানগী লমশিংদস্থ ওইরম্মী।

ফীবম অসিদগী কনবীনবা, মতম অতুদা মীতৈমচা কনাম্ব চোংথোরকখিদে। মতম অতুগী নিংথৌ চৈরাক রাজদণ্ড ) কিবনা অমদি মরৈবাক মচাবু মুংশিবা য়াংপা, মথৌনা য়াংপা কয়ানা। মতম অতুগী মীতৈশিংনা খঙনা অমদি খঙদনা অরেম্বদা শেল তিংথোকপা খিংহুনা হায়বদি লনলোন ( অর্থনীতি ) গী ফিবম অসি হান্নদগী অহোংবা অমা পুরক্লবগী য়াখল কয়া খল্লুরবা মতুংদা লাইনিংহল নাওরিয়ানা "ঐগী য়ারেং" কৌবা অমা ইহুনা ঐখোয়গীদমক্তা থম্নীরম্মী। লাইরিক অসি তশেংনমক সোসিও ইকোনোমিক্স (Socio-Economics) গী ওইবা লাইরিক ২খলনি।

মসিনা মীতৈ খুদিংমক্কী থম্মোই ছুহল্লি, মসিগা লোয়ননা অহলনা অনৌবা 'মীতৈ খুন্নায' অমা শেম্না পাল্লম্মী।

১৯ শুবা চহী-চা লোইরমদাই অমদি ২০ শুবা চহীরকপা মতম অহুরাইদা ভারতকী ওইনম্ম T ach me not-ism নত্রগা Don't touchism ) গী ইরাং কয়া লৈরিবা অমদি শাইগী অচৌ অশাং caste ons l x অসিগী ফীবমনা ভারতকী অমত্তা ওইবা অমদি চাওখৎ খৌবাংদা অপনবা ওইবা মতমি ফীবম অসিমক মীতৈ লৈবাক্কুম্ম অদুমক ওই, য়াম্নমক হেক্লিনবা মওংদা। শাগিরবা মতম—নিংথৌগী চৈরাক হিন্দু ধর্মগী থমশেংবা নৈত— অনাং-অশেংগী রাথোক পুম্নমক অসিগী মরক্তা লাইনিংঙনা— মীতৈ কম্নবা ইং ১৯৩০ দা যোংনা চোংথোবকখিবনি।

অহন্না মীতৈ লৈবাক্কী ফজবা নিংভম অম্তুয়া পল্লম্মী— মালেম গীতৈ লৈবাক অদুমিনা মচাশিংবু হকথেংনা নুংশিবীবা মরম্তা মীচুং লৈতেং কাংহুম্নক্তু চাবা-থকপা মনীং থুংহল্লি, শীন পুম্নমক শুনা তম্মী।" অমসুনা মশা অমুক তাথরম্মী—"চাকহোং ভাহোংবদা শগস্সং নহৈ মরেংগী থোং-নোবদা মীতৈ লৈবাক্কা মান্নবা লৈতে" লাঃ ১৫॥ ( ঐগী রারেং )॥ রাফম অসিদগী মতম অহৌগী মীতৈ লৈপাক্কী ওইরিবা ফীবমশিং শং-শং ডহল্লি। মীতৈ লৈপাক লৈরিবা মীতৈ পূম্নমক শেংপা-চাবদা, রাংত-পাদনা লৈরকই। মীতৈ খুদিংমক মা-মানা হৈংবা শীন (irdu try) অহু শূহনা, লৈপাক অসিদা থোকচবা পোৎনা মীযামগী পুন্সি

লেম্নবকই। হৌজিক্তী মতমদা ইনাক-খুনবশিংনা লায়রবগী ঈ চুপতুনা হিংবা মহিংদগী লাপ্পা লৈরম্মী। শেল থুমগী ফিভম যরম্বনা মীতৈশিংগী পুন্সিগী রাখল— থনুং লাইমিং পাংহনা ঈ‍ুরোইববু ফংননবা লম্বী কয়াদা চত্তুনা হাকথেংননা চাং য়েংবনা পুন্সি ওইরম্মী। অম্মুম্না লেম্নম্বা পুন্সি, পুম্নমকস্মু চপ-মান্নবা য়েংবা ভম্বা মিংথেং (Universal Brotherhood) অদু করতুরা লান্দুনা লাকপা হিন্দুশিনা মীতৈ লৈপাক য়োরকপদা পুম্নমক হোংখ্রে—পুম্নমক মাংখ্রে। মীতৈ লৈপাক্কী শেল থুমগী ফিভম (অর্থিক-অবস্থা) অকিবগী মশক ওইবা শকথম— মশা-মশানা হিংবদা রারবা পুরকখি।

মীতৈ, মগোশাদগী হৌনা— মখোয়গী পুন্সিগীদমক্তা কনাদস্মু নোঙরক্কবা কনাগাস্মু মখা পোল্লক্কবা ঈক্লপনি। মীরৈবাক্কী লৌচং (ধর্ম্ম) চঙলকপা অরায়বা ওইখিদে। পাম্বৈ কয়াগী লাংলৌ থিখিবা তশেংবনি। লাংলৌশিংগী মরক্তা "চিঙ্গাক্কী" মাথকৈদগী হিদাক চাইবা হৌবকই। হকচাং অমদি পুক্নিংগী থৌনা শোম্থহনা লৈরবদি শেল-থুমগী ফীভম নোংম-নোংমগী হন্থবকপা তাবনি। পুক্নিংগী থৌনা অমদি হকচাং অসি চিঙ্গাক্কী মখা পোল্লি। অহলনা হায়রম্মী "মীতৈগী মথক্তা মনীং তৌনা পানগে হায়হনা মীতৈগী পাঙ্গল শোম্থহনবা হিদাক মচন কুপ্পা থিখি, চিঙ্গাক কক্লবা হায়হনা মীতৈবু নোংথ্রং ইকপহন্দুনা রাশকহনখি", অমুকস্মু মখা তাবম্মী "মীতৈ হায়বসি লায়রহন্দ্রবদি তৌনিংবদা তৌরনি হায়হনা লাইদা য়াম্না কংলু, মহৈ য়াম্না

চাউনা ফংগনি শিরগা লাইরৈবাক্তা মাগ মপৈ লৈরমগনি। নখোয়গী মুমলাইদো লাইমাংনি··· ।" অসিগুম্বা লাংলৌ মরাম অসিনা ঐখোয় অসি অমুক লৈখা তাখিবনি হৌজিক্তি ঐখোন অকবা চিঞ্জাক চাদুনা কম্না গু-নোমদুনা— হেন্না নুংঙাইবা মীওই খুন্নায় অমা শেম্মিংলম্বা কোম্বদোক্লম্বী।

মীতৈনা লীচৎ ( ধর্ম্ম ) গী থৌরম কয়াদা চা পোকপগী ঈপাল, লাইমিং লৌবা, নুহোংবা অসিনচিংবা তংঙায়ফদনা চংবা হৌনবা শেনকময়দগী হেন্না চাদিং তৌথোকই। অরেম্বদা শেল মাওহল্লি। মসিগুম্বা অসিবু থাদোকনিংবগী অহলনা অস্থয়া হংলম্মী— "শেল ইতিং তিংদনা চিকপক্লা মীতৈ ঐখোয়গী নুমিৎ থা খুক্রুম্বা হায়বত্রু করি তৌরবগে ?"

শিরবদা লান্না-থৌরম চুকশাবদা ( শ্রাদ্ধ ) চংফম থোকপদগী হেন্না শেল চংহল্লি। লাইগী মিংদা শেরায়বা বাখল পুদুনা অমম্বা থাদুনা পু-লংদুনা মখল মখলগী পোৎ-চৈ কংলি। মসিগী মতাংদা অহলনা পল্লম্মী— "পুম্নমক অসি লাইরৈবাক্তা পুক্কে ওইনা পৈদুনা লৈরমগনি। শিখিবা মীদুনা অমম্তা হেক চিংদবা মথৌ ফংলুরগনি হায়বা বাখলসি মীতৈনা কম্না পায়খ্রে।" অকৎপা পোৎ-চৈশিং অহু মীওই য়েংদুনা পীথোকপদা মতিক চাবদু অহলনা পল্লম্মী— "মীতৈ নিংঙোল লায়রবীদি দানপাত্র হায়বত্নমক হেক থোক্লিবনি। হেনফত্রবা থৌদোকসিদা পীগদবা মথৌনা নিঙোলদা পীহৌত্রবদি তুংদা মীতৈ লায়রবনা মচন-মচাদা পিবা ঙমগদবা লৈখিত্রবনি।

মসিগী পথাপসি চংলবদতা মীতৈগী লায়রবা কোক্লনি।" মসিস্থু লায়রবা কোক্রবা পাইস্বে অমনি হায়না অহলনা উংলম্লনি।

মীতৈ ঐখোয়গী শেল-থুমগী ফিভম ফংহনদ্রবসি হরাও-কুম্মৈ, পুং ঈশৈদা কা হেনবদগী অচৌবা মরম অমস্থু ওইখি। অহলনা হায়রম্মী— "মীতৈ ঐখোয়না মীৎ মায় পাংথকপদগী পুং ঈশৈ পালাদা থরায় য়াওশিনখিবদগী লাইরিক লাইশু তম্না, নাস্থোক্‌-খিহুনা অমস্থুং লৈকায় কোয়বা তমখিহুনা লায়রবা তানখিবমক্তি মীতৈনা থবক নাস্থোক্লিদ্রেদা 'লায়রবা' হাযরিবা লাইনা তুমিন্না সাক্লুনা মহুম শাগ্রবনি।"

চহি অমগী মনদা মীতৈগী হরাও কুম্মৈ মশিং নায়দনা লৈ। কুম্মৈশিং অহুগীদমক্তা শেংন-চানবা ফীরোল কযা লৈনৈ। পোৎ-চৈশিং অহু মীতোন্দগী থাক্তনি, ঐখোয়গী ফো-চেং তাই-খোক্লুনা লৈবনি। অহুনা ঐখোয়গী শেল পুম্নমক মীতোন্দা তুংশিন্দুনা ঐখোয়না লাইরহৌই। মরম অসিনা কা হেনবা হরাও-কুম্মৈ থিংনবা অমস্থুং মরম চাদনা শেল চংহনখিদনবা অহলনা অশোইবদা কয়া নৈনরম্মী। মীতৈনা লায়রবসিগী মরম অহলনা থিহননিংলম্মী। মীতৈনা থবক শূদে হায়না কনা অমত্তনা হায়বা থম্লোইদবনি। অস্নুম ওইনমক মীতৈনা পথুরিবা অমস্থু শূনা-শূনা পুক থক্রিবসি মরম করিগীনো কুপ্না থিকম থোকপনি। মরম লৈতনদি তেংবানবসিদা করি অমা ওইবা য়াদে।"

মীতৈ ঐখোয় অস্নুকী মতিক ফিভম শোকচিল্লে। নাওরিযা অহলনা চহি ৪৯ লোমগী মমাঙদা হায়রম্বহু থসি চুম্না থোক্লরে।

অহলগী ৱাহৈদা—"মীতৈ ঐখোয়না ইক্লকুম্না তাল্লিবা শৈলগা, লংথোক্লিবসিগা থাঙ্গজ্ঞুনা য়েংনবদা লংথোকপনা ওন্থোক্লা খুথিন হেনগ্রে। মরমসিনা মীতৈ ঐখোয়না মালেমদা লৈরিবা উমং মখৈ কোক রিবনি। তম্পাক্তী উমং মখৈ কোকপা লোইরগা চীংথক্লা হাইগজ্ঞুনা সোরারেনগী নাক তানগদৌরিব্রা হায়দুনা অথঙবা অইহবা ইবুংঙোশিংনা থম্নরে।

নাওরিয়া অহলনা মীতৈ খুন্নাইগী শেল থুমগী ফিভম কগং-হনবা, প্রথমক চপ মান্ননা নুংঙাইমিন্নবা পামলম্মী। অহল, শেল-থুমগী কাংলোন মুন্না থঙবা মীশক্লি।

---

## লাইনিংহলনা কবি তাকপীরম্মী ?

—মুম্নাংবা

লাইনিংহলনা কবি তাকপীরম্মী? রাফম অসি নৈনবদা অহানবদা লাইনিংহনবু মশক থঙবা তাঙ্গৈ, মসিগা লোয়ননা অহলনা ফোঙলম্না রারেং, ইরম্না লাইরিক কম্না মমুং তানা নৈনবা তাই। অরাং-নোংপোক ভারতকী মনুং চনবা আসাম কাছাড জিলাগী মনুংদা লৈবা লাইশ্রম খুল মমাঙ লৈকাইগী নাওরেম ইমুংদা লাইনিংহল তাইবং ফাওখি। অঙাং ওইরি-হৈদগী অচুম্বগীদমক্তা, তম্দনা, তত্তুনা রায়েং চঙহনা হোংনরকপা অমা ওইনা তৌরকই। অশেংবা মিংনা ফুলো অহুগা লৈকাইগী

মীনা, আত্তোম্পনা লাইনিংহলবু 'ফুংইন্দ্র' হায়ম খঙৈ। মায়গী অদোমগী মীতৈ মচাশিংগী মনুংদা 'এন্ট্রেন্স' পাস তৌবা অহানবনি। লাইরিক্লোই ছাত্র। ওইরিঙৈদগী হৌনা মরৈপাক মমাংলৈপাক মীতৈ লৈপাক্কীদমক্তা কন্না খনবা হৌরকখি। লাই-রিক্লোই ছাত্র ওইরিঙৈদা ফংখিবা চৈথেং মীরৈবাকমচানা হায়খিবা নথোয়গী লোল লীচং, পুদিন, লৈজদে অমুক হন্না লৈঙাকপা (সরকার) গী থবক তৌরবা মতমদ মমান্নবা থবক তৌমিন্নবা মীওইশিংদগী ফংখি। মসিনা মরম ওইরগনা লাই-নিংহলনা মীতৈলৈবাক থোরক্কুনা মীতৈ লৈপাক্কী লাইফম কন্না, কংলৈরোল অমদি পুয়া কন্না যেংখি নৈনখি। মসিগী মতুংদা অমুক ভাবতকী লাইফম কয়া কোয়খি, হিন্দুগী বেদ, পুরাণ অমসুং শাস্ত্রশিংনা কয়া অমসু নৈনখি। পূম্নমক অসি য়েংলুরগা অমদি নৈনরুরবা মতুংদা "ইমা লৈপাক মীতৈ লৈপাক্কী লাইফম্না অশেংবনি, ইমারোম্না লাইনিং-লাইশোল তৌবনা অথোইবনি, ইপা-ইপুশিংনা চংনখিবা লাইনিং খুদা থারোইদবনি" হায়বসি লাইনিংহলনা মপূক্কিংদা কন্না যাওখি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা অমুক — মীতৈ লৈপাক্কী মীতৈশিংনা অরেম্বদা, অমম্বদা থাজহনা (অন্ধবিশ্বাস) শেল য়াম্না হুন্দোকপা অহলনা শং-শং থেংনখি। মসিনা অমুক হেন্না লাইনিংহলগী রাথলবু শোকহনখি। শোইদ্রিবা ময়াম অসি কন্ননবগীদমক্তা----লাইনিংহলনা লৈঙাকপগী থবক থাদোক্কুনা অহল মশামক্তা ফোঙনা ১৯৩০ ইংদা "অপোকপা মরূপ" হায়বা মরূপ অমা লিংখৎখি। হায়রিবা মরূপ অসিনা ফোঙনা

মীতৈবু কম্লনবা লমদম অদোমদা লময়ানবা হৌরকখি। মশাগী চহি ৫২ শুবদা হায়বদি ইং ১৯৪১ দা নোঙাখি।

হৌজিক্কী মীতৈ খুন্নায়দা মীপুম খুদিংমক্না লাইনিংহলনা করি তাকপীরম্বগে নত্রগা তম্বীরম্বগে হায়বা রাহং য়াম্না তোয়না হংনরক্লি। তশেংনমক হংকম থোকই—মরম দি মীতৈ লৈপাক্তা মীতৈ মরুপ্না লাইনিংহলগী রাখুন পোমিংকী মখাদা থবক তৌহুনা মীতৈ কম্লনবা হোৎনরকই মীতৈ ঐখোয়গী লাইনিংহলনি The great apostle of resistance) মীতৈ কনগনি হায়হুনা মতম অহূদা মখোনা ফনা চোৎথোরকপা অথোইবা নিপা অসিগী রাখুন পোমিং ( Ideology ) অমসুং পাউতাক ( Teaching ) নৈনবা য়ায়মক মখৌ তাই।

অহলনা তাকপীরম্বশিংগী মমুংদা, মরু ওইনা খল্লবা য়াবদি ঐখোয় মীতৈনি, ঐখোয় আর্য্যগী মচা-মশুসু নত্তে—অতোপ্পা য়ুমথংনবা লৈপাক্তগী লাক্লুনা খুন্দারবা মীওইসু নত্তে-মীতৈ হায়বসিদি মীতৈ লৈপাক অসিদা অসুম পোক্লুনা, খুন্দাহুনা লৈহুনা—চসিগী ওইরিবা খুন্নায় অসি পুরক্লিবনি। মীতৈ নত্তে মীতৈনি, মীতৈ হায়বসিদি থাইনবৈদগী নিংথৌ পাল্লকপা ঈরূপ অমনি। মসিবু শোগৎপা মীতৈ ঐখোয়গী রারীশিংবুল (ইতিহাস) হৌজিক ফাওবা তৎন-থানবা য়াদনা মাঙদনা পুরক্লি। অদুগা হৌজিক হৌজিক ঐখোয়না থেংনরিবা রারীশিংবুল— "মীতৈদি আর্জ্জুনগী মচা-মশুনি .. মহাভারতকী মণিপুর ঐখোয়গী লৈপাক অসিনি" য়াওমশিং অসি অয়ানবা রারীশিংবুম্নি। মীতৈ

ঐখোয়গী নিংথৌরোলগী মমিং থারকপদা ময়াংমরোন সংস্কৃত মরোন য়াওরবদি ঐখোয়গী অশেংবা য়ারীশিংবুল নত্তে তাক-পীরম্মী। চৌংমী-তম্মী ইচিন ইনাওনি ঈপা অমত্তনা পোকপনি, লেশেম্বদগী লৈমিন্নরক্লবনি— চৌংমী তম্মী অনিমক্কী অপুনবা শকফমবু 'মীতৈ' কৌনা হিংমিন্নরকই হিংমিন্নগদবনি তাকপীরম্মী।

লীচৎ ( ধর্ম্ম হায়বসি মীওইবগী থানবা য়াদ্রবা, য়ায়া মরু ওইবা অমনি। 'লীচৎ' ঙাক্না চৎপা ঙমদ্রবা, লীচৎপু মশক থত্তবা ঙমদ্রবদি অহুগুম্না মীশিং অহুনা পেম্না খুন্নায় অহু কান্নদ্রবনি পন্নায় অমবু মশক তাক্কদোরিবা অসি লীচৎননি। মরিক চুম্না লীচৎ' পুরক্লবগীদমক্তা— 'থাইন নোংইন' ইাবরমহুনা লাইনিং লম্বীনা অথোইবনি হায়দুনা মাঙ থাহুনা থম্মগা তাইবংপানবগী থাইফনবদা পাঙ্গল লৌশিং শিজিন্নরগা লাইনিং লম্বীহু ফংগদৌ-রিবনি হায়না তাকপীরম্মী। খুন্নায় অমবু অরাংবা থাক্না পুখৎনবা হোৎনবা, ইপুরোই অপোকপগী মঙালবু ফংনবা হোৎনবা তাল্লকপদা ফম্বী কায়বরোন ঙাক্না চৎকদবনি হায়রম্মী। মসিগা লোয়ননা, মীতৈগী মশাগী ওইবা থাইনদগী শাগৈান্নরকপা লাইদি য়ুমলাই অমদি উমং লাইনি। মীতৈশিংনা নুমিৎ খুদিংগী, চক্তনা চাং অমা নাইনা নীংবা অমদি খুরুমজবা লাইদি য়ুমলাইনি, অহুগা কুমজা নাইনা, অকক্লবা মতম নাইনা খুরুমজবা অমদি ইরাৎচবনা উমংলাইনি। মসি মীতৈ লীচৎকী মপুং ওইবা মশক অমনি। হায়রিবা য়ুমলাই অমদি উমংলাই অসি মীতৈ লীচৎকী ইকুৎনি হায়বিরম্মী। লীচৎকী মমায় তরা ( ১০ ) লোংই। মসি

থাইনগী ইপা-ইপুশিংনা মশক থঙনা লাকই। মসিগী মনুংদা লাইনিংবা মতমদা থাইনগী ইপা ইপুশিংনা অপোকপা মপুগী মনাই ওইনা নীংবনা লাইনীংবা অথোইবনি লৌরম্মী। অদুগা ভেংবানবগী মপুবু-অপাম-নুংশি রাখলদা থকম্মী লাইনীং নীংঙবদি পুক্নী দা অপাম-নুংশিগী মমি তায় হায়দুনা অসিবুদি শৌগৎলমদে।

কৌক্র চীংনা লেম্ফুনি, কংলানদি খোইদৌনি, লোক্লাক সনা তেঙ্গোৎনি, মীতৈ থরায় ওইবনি ...।" কৌক্রনা লেমফু, কংলানা খোইদৌ লোক্লাক্রা নাওকম ওইহন্দুনা লাইগী মরোং লাক্লুনা তুরেল অহুম্না হকচাংগী অচৌবা শিংলৌ অহুম ওইদুনা মালেম ইমা মীতৈ লৈপাকপু লাইগী মরোং লেপহল্লি। ইমা লৈপাক অসিগী মথানুংদা লৈরিবা লাইফম পীঠস্থান। নি হায়দুনা কুমজা ইরাৎ তৌনরিবা মফমশিং অসিনা অতৈ লমগী লাইফম-শিংদগী অথোইবনি শেমগৎকদবনি থঙহনবিরম্মী। মীতৈ লৈপাক্তা লৈরিবা লাইফম পুম্নমক্কী মমিং; চীং, পাৎ, তুরেল পুম্নমক্কী মিংশিং, মীতৈরোনগী লৈজরম্বা অদুনা কৌগনি। লৈশেম্বগা মরি লৈনরিবা চয়োন তরেংকী মমিং, থা ১২ গী মমিং মীতৈ-রোনগী ওইরি। ময়াম অসিনা পুম্নগা ওইরিবা অপুনবা লৈবাক, লাইরৈপাক অসিগী মমিংবু মীতৈরোন ওইফম থোকই—' মীতৈ লৈপাক" কৌগনি থঙহনবিরম্মী।

মীতৈ লৈপাক অসিগী শেল-থুমগী (অর্থনীতি) থায়কৈদা লাইনিংহম্না অচেৎপা মীৎয়েং থম্মম্মী। ঐখোয়না হেক পোকপদগী শিরবা ফাওবদা শেল তিংদুনা থাকচবা লৈতনা তিংখোক্লুনা

লীচংকী মমিংদা থৌরম কমামক্রম পাঙথোকখিবা অসি থিংহনা নুংঙাই শাইফবা থুন্নায় অমা শেম্বা পাগ্রমী। তোক্রসি হায়রম্বা নত্তে—অমম্বদা থাজহনা ( অন্ধবিশ্বাস ), পংনা করি অমত্তা খঙদনা শেল তিংথোকপা অহ। তোক্রসি হায়রম্বনি। ঐথোয় পুম্নমক অক্ষবা চিক্লাক চাহ্নুনা ফহল্লগা কম্না নোমহনা মীগা মীমান্ননবা হোৎনরসি তাকপীরম্মী।

ইমারোন ( মীতৈরোন ) হায়বসিনা মক্ষনি। লাইনিং লাইশোল ইমারোম্বা তৌবনা অথোইবনি হায়রিবা অসিগী মনুং অকুপ্পা য়াকঘদি — মীতৈরোন হায়বসি লৈপাক অসিদা লৈবা মী খুদিংমক্কী লোন থাইনৈঙদগী ওইরক্রি হৌজিকস্সু ওইগদবনি, লোয়ননা লৈঙাকপা ( সরকার ) গী লোয়শংশিংগী লোনস্সু মীতৈরোম্না ওইগদবনি হায়বনি। ঐথোয়গী ইমারোন অসি লৈরিবনিনা লোন অসি ইনবা মরেক থাইনৈঙদগী লৈরকই। হৌজিকস্সু মাঙদনা লৈরি। অসিগুম্বা ইপা-ইপুগী শেমফুদগী থোরকপা মীতৈ মরেক মাঙদনা লৈরিঙৈদা অতোপ্পা মরেক কদোটৈঙদস্সু শিজিন্নরোইদবনি হায়বা খঙহনবিরম্মী। ঐথোয়গী অংশংবা মীতৈ মরেক অসি শিজিন্নগদবনি হায়বিরম্বগা লোয়ননা থারনদগী মাঙদনা লৈরক্রিবা অংশংবা মীতৈ মরেক অহস্সু খিজিন্দুনা পুথোকপীরম্মী।

"......নোংপোক মায়কৈ ওল্লসি ; চীংখৈরোম্না চোংলসি ভরা পুকচেল মায়রসি" লাইনিংহম্না থবায় তানা ইরম্নিবা অসিগী

মরম অসি মী পুম্নমক্তা লৌশিং অমা পীরকপনি হায়নীংই। তশেংনমক ওইকম থোকই। ঐখোয় পুম্নমক নোংপোক মায়কৈ ওন্দুনা লেপতুনা লৈবনদি য়াররোই, মাহৃদা চঙশিনবা তাবনি, অপোকপা শিদবা সনামহি শোন্দুনা ঐখোয়গী পভুং য়ৌনা চঙশিনবা তাবনি খঙহল্লস্বনি। "চিংখৈরোনবু চো লসি,"—

—অকক্রবা ( নিয়ম ) পথাপ অমগী মথাদা শাজেল-পুজেল তৌদুনা ঐখোয়গী হকচাং অসি য়াম্না মতিক চানা থমগদবনি। য়াহৌ ওম্না হৌদুনা—য়াম্না ঙনবদা শাজেল তৌদুনা হীরম খুদিংমক নীংথিনা থোরাংদুনা থমগদবনি হায়রম্মী। হকচাং ফননবগী, মীথা পোন্দনবগী মীপাল তাংদনবগী, ইমা লৈপাক কঞ্জবা ঙম্মনবগী মীতৈ খুদিংমক থোরাং তৌবা পাম্নম্মী। —অদুননি অহম্না—য়াম্না ঙনবদা, মীহৌনজ্রিহৈঙদা—ঐখোয় পুম্নমক চিংখৈরোনবু চোংলসি হায়রম্লিবনি। "... .. তরা পুকচেল মান্নরসি।" লাই-নিংহম্না লাওবীরম্লিবসি— মী পুম্নমক পুকচেল চপ মান্নদুনা তোগে নীংবা থবক অহু য়াংশিল্লো হায়না তাকপীরম্বনি। ঐখোয় হৌজিক মতম হেন্নে— ঐখোয় তরা পুকচেল মান্নরসি - ইরৈবাক জৈকপ ( ইজাতি ) বু কন্নবা।

## নোংমা থওক্নি

—মঙ্গালসননা

লাইনিংহল যলো নুমিৎ-থাবানা অহূদা, মকম মতম অহূদা পোকখি-চাওখি হায়বসি থিবা-ছমলুবা কাংবুনা লাইনা ফংগনি। অহূগা মহাক্না তৌরম্বা মপাঙ্গোংগী থবক-থনা থরম্মু অহূম ফংবা য়াগনি।

ইবুংঙো মহাক্না মন্নুং মপানগী পুন্সি বারীদি পাউজেল-চে (খবর)গী বারী নত্তে। ইবুংঙো অসিগী থম্মোয়দা "মীতৈ" হায়বদু পোকখ্রবা মশামক্না "অশেংবা মীতৈ" অমা হায়বদু ওইখ্রবা অপোকপগী মাইকৈ পাংখ্রবা, তাইবং শায়োন অথোই-বদুনি হায়রবদি তাবদা ঙমখিরোইদবা মতম ওইরি হায়বসি ইবুংঙো মহাক্না থম্মীরম্বা লনশিংগী মকোক ওইরবা "শকোক থীরেন" অমদি "লাইনিংথৌ লাইপাউনচিংবা" অতৈ নুমিৎ-থাঙ্গুম তাল্লবা লাইরা লাইরোন কয়া হৌজিক মতমগী মীতৈ খুন্নায় অসিনা থিন-থঙনদ্রিবা অসিনা তাক্লি।

হৌজিকী মীতৈ খুন্নায় অসি লাইনিংহল ইবুংঙোবু থঙল-থঙলগা মরেপ হেনগদৌরিবনি। মীপোক লাংঙন চঙখোলবা ইবুংঙো মহাকসি চহি মতম থরদংগী ওইনা অপোকপগী পাউ-জেল পুদুনা এথোয়গী ইরক্তা লেপ্তবিরকপনি।

লৈখা তারবা মচা মনাইশিংবু 'হৌরো, হৌরো পাম্লিথোয় মপুগী পাউবু লাকয়ে ইবুংঙোশিং" য়াকাইবিরম্বনি।

মালেম অসিদা লৈম্বিবা লাইনিং লীচৎকী অকুবা লাই-খিকশিংবা-অমক্রিবা মপুগী পাউখোল চৎপা অমগী শকফম লৌরিবা ইবুংঙো মহাকী মফমদা পুক্লীং লৈরংজবা অন্নবতদা মীতৈনা মীতৈ মশক খঙলকখিগনি অমদি মীতৈ ওইনা মীতৈ লৈবাক্তা পোকচনিংঙকখিগনি। ইবুংঙো মহাক্তি মাইকৈ মাইকৈদগী যেংনরকপদা তোঙান-তোঙানবা শকফম ওইনা উবা রাঙ্গপুরেন নুংঙ্বা, মুংশি চাওবা, অখোইবা মপুগী পাউখোল্লাই মীগী মরোন্দা ঋষিরাজ, মহাত্মা, অবতার শিরোমণি—অমনি হায়বসি হৌজিক ওইরিবা মীয়ামগী থাজবা অমদি মীয়ামগী রাখলগী মায়োক্তা হাননা ফোংদোকপগী খুদোংথিবা লাকত্রা হায়বগী মীয়াম্না পীবা মতম ঙাইনরিবনি।

---

## খেংজৈ পায়বা লাম্মী

—কোনসাবা ইবোচৌ

ইচিক হুনবা নোংঙানলমদাইদা 'হংঙা' শৈরোলনা অহিংগী অচিকপগা চিলোক্লহুনা, নাওরেম শাগৈগী ইমুং অমদা নাওরা অমা ভাইবং ফাওখি। মুম্মিং অসি খোই চহিরোল ১৭৩৫ খৌরানগী ২২ নি পানবা লৈপাকপোকপা মুম্মিৎনি ( ১৮৮৮ ইং) পুন্সি-লানফমদা লাম্থেংনগে হায়তুনা মীওইবগী মপোক লৌরিবা নারা অসি য়েংকী লমদাং ওইবনি। পঙ্গোগী কোলোয়না চাউবা, পলেমগীনা থম্মোই হায়না কৌরম্মী।

নাওরা অসিগী মপাবুং নাওরিয়া চাউবা হায়বসি চৌরজিৎ নিংথৌনা মজা ইবুংঙো ত্রিভুবনজিৎনচিংবগা লোয়ননা জারিবোন কোন্নুং লৈকাইদা লৈত্রিংগী মমাঙদা হের নদো কৌবা অমনা মীতৈ লৈবাক্কী চৎখিহনা লাইশ্রম খুল ময়াম লৈকাইদা খুন্দাহনা নাওরেম শাগে শন্দোকখিবা অহলহুগী মজা ইবুংঙো অহলনি।

অঙাং অসি শারোং-শাদা ফুন্দ্রেনা খেংপগুম্না মীংথি, কজৈ হায়হনা "ফুন্দ্রে" হায়না মিংচল তম্লম্মী। মহে-মশিং তম্লবা মতমদা ফুগো হায়নস্লু কৌখি। য়াম্না ঈং-তপ্না মোং হাদবা, অয়াম্বা মতমদা মুংঙাইবা থিঙমদা মোমোন নোকপদনা অঙাং অসিগী মহৌশা ওইরম্মী।

চাদরক্তনা মহে তম্বা হৌবা তারম্মী। অহানবদা রাজ্য শ্বরপুর ৩৪ গী এল, পী, স্কুল, মথংদা লালাদা ইউ, পী, স্কুল, ঃসিদগী মথং মথং নরসিংহপুরগী মধ্যবঙ্গ স্কুল অমসুং হাইলাকান্দি গোভর্মেন্ট হায়স্কুলদা তম্লম্মী। মহে তম্লিঙৈগী মনুং অসিদা লাইব্রিকলোই নাওরিয়া মপানুং চাউবনা তাইবং থাদোকখিবগী অরা মুংশিবা মাযয়োক্নখি। মথং চহিদা মমা ইবেম্মন, মুস্বালবগী ঈচেন্দা পুশিনখি, ইবুংঙো মোইরেংজাম্বা অঙৌগী মজাইবেম্মা অতোনবী সনারৈ কৌবীগা পুন্সি লৈপুন শেমখি। মহেদা খোয়জংবা লাইব্রিকলোয় নাওরিয়া লাইব্রিক কবগীদমক্তা মনা-মথুম কয়া কংখি। লাইব্রিকলোইগী পুন্সিদা খ্বাইদগী থম্মোয় শোক্না মায়থিবা কংখিবদি মীরৈবাকচা মমায়বশিংগী

"নঙগী মরোল লৈজত্রা, নঙগী লীচৎ ( ধর্ম্ম ) লৈজত্রা, ন গী ময়েক লৈজত্রা হায়বা অসিনচিংবা য়াহং পরেং কয়াসিনি তাশোন্না থিনবঙুম থোকখি, ইশাগী হায়বা য়াখল থম্বা হৌখি।

১৯১৮ ইংদা এন্ট্রেন্স চাংয়েং ( পরীক্ষা ) ঙমহুনা জারি বোন মায়পৈগী অহানবা এন্ট্রেন্স চাংয়েং ঙম্বা অমা ওইখি। মতাং অসিদগী লাইরিকলোইগী পুন্সি লে'মহুনা য়ুম-পুবগী লমদ' মায়পুনবা হৌখি। হাইলাকান্দি হায়স্কুলগী মহৈ তম্বীবা ওঝা অমা ওইখি। মথংদা লালা এম, ই, স্কুলগী ঙমথং মহৈ তম্বীব' মকো'ক। এসিষ্টেন্ট হেডমাষ্টর ওইরম্মী। মতম অসিদা মহৈ তম্বীবা ( ওঝা ) নাওরিয়ানা হিন্দুগী বেদ, বেদান্ত উপনিষদ দর্শন শাস্ত্র, মহাভ'রত অমস্তুং রামায়নচিংবা কয়া নৈনহুনা পুি গী ফিরেপ শেম্বা হৌখি। ৯১৬ ইংদদি মহৈ তম্বীবগী শিনগম থাদোক্লুনা শিলচরগী ডি, সি, লোয়শংদা থবক অমুক তৌরম্মী চহিসিগী মনুংদা দারোগা থল্ল মী , পুলিসকী এস, আই, ওইরম্মী। ওনবা হৌনবা পুন্সিগী য়াওন্দা নাওরিয়াস্থু ওল্লম্মী।

দারোগা নাওরিয়া ডিব্রুগডদা লৈরিঙদা লাইনিংবা লম্বোই বশিংগা লোয়ননা তিন্নহুনতা লৈরম্মী। দারোগানস্থু মখোয়গী য়াইফনবা থল্লুনা লমনচিংবা মখোয়দা কখোক্লম্মী। দ'রোগা ওইজরবস্থু লম্বোইবগী পুকচেল চেনথঙুম তৌরম্মী।

থবক তৌনা তৌনা দারো'গা নাওরিয়ানা মতম কায থোক্লুনা থা অমরোম মীতৈ লৈবাক্তা লাক্লুনা লাইফম কয়, থুকমজখি অমস্তুং মীতৈগী লাইনীং লীচৎ, পারী-পুরী ঈনাৎ

কয়াগী মরি মথোং থিজিনজখি। মীতৈ কয়নবগী লম্বী থিবা হৌখি। মরৈকাকপু ন্নুংশিবা, মপা-মপুগী হৌভমবু অশেংবা লাইফমনি খনবা মরৈবাক নীংবশিংদা য়াওবা মতিক অহু দারোগা নাওরিয়াদস্থু য়াওখি। মথংদা শিবসাগরদা, বক ঘাটতা থবক মফম হোংখি। মতম অসিদা দারোগা নাওরিয়ানা কাশী, গয়া, নবদ্বীপ পুরীনচিংবা লাইফম কয়া য়েংবা চৎলম্মী। মহুদগী ফংঙকপা লৌশিংনা পুক্সিগী মাইগৈ ওনবগুম তৌখি। মতুংদদি ইমারোনভনা লাইনিং লাইশোল্লগা পুক্নিং পেনগনি হায়বসিগী মরমদা মীয়ামদা খরা খরা কোঙখি।

মথং মথং থবক মফম গৌহাটি, নলবাড়ী, রঙ্গিয়াদা হোংখি। রঙ্গিয়াদা লৈরিঙৈ মতম অসিদা নোংমদি মীতৈ শক মানবা লাইনিংবা অমগা যম্মিন্নহুনা চিক্না রারী শামিন্নখি মসিদগী মীতৈগী লাইনিংলম্বী ঈনাৎনচিংবগী হীরমদা নৈনহুনতা লৈখি।

মথঙ অমিনগাঁওদা থবক হোংখি। মফম অসিদগী অনিরক-শুবা ওইনা দারোগা নাওরিয়া মীতৈ লৈবাক্তা লাক্লুনা থিবা ঙম্বা মথৈ থিজিনখি। মফম অসিদা লৈরিবৈদা থৌদোক কয়া থোকখি। নোংমা অমাংশংদা লিন অমা থেংনখি; মহুবু ইবুধৌ পাখংবগী থৌজাল ফংবনি খন্দুনা দারোগা নাওরিয়ানা পুক্নিং পেঞ্জখি। নোংমনা লোয়শংদা ফম্লিবৈদা য়োংকী খুজি, খোঙজি শিবা, যুগী খুজাই পায়বা, য়োংকী চৈন্ড শুবা লাইনিংবা অমা উয়হুনা চীক্না রারী শামিন্নখি, অরোইবা থৌজান লাইনীংবনা পীনবিখি।

মথংদা বদরপুর, কলাউরা অমসুং হাফলংদা থবক মফম হোংখি। হাফলংদা লৈরিবৈ মতমদা ১৯৩০ দা থবক থাদোক্লুনা মীতৈগীদমক্তা পুন্সি কংথোরবা পুক্নিং ব্রারেপ লৌখি। অপোকপা মফম লিংখৎতুনা থবক পায়খৎপা হৌখি।

থবক থাদোক্লবা নাওরিয়া অ'স মচিন মনাও চাউবী, যাত্রা, তোদোনবী অমসুং মেঘোনচিংবা তরুক্কী মনুংদগী মরিগুবা ওইরম্মী অমসুং মধুসূদন, খোগেন্দ্র, লালমোহন, সরোজিনী, অমুসা অমসুং লৈমানচিংবা পারী মমোমশিং পোক্লম্মী। মীওই মীতৌ চাউদম শাংদম্মী খুহপ মরিরোম ব্রাংবা, ( ফুট ৬ লোম ) কুচু মুদং তৌবা, মীতৈ হিদাক থক্লনব, ইঙ্খোল-শম্বলগী থবক শুগনবা, লাইরিক লাইগু ইব। পাবদা থৌরায় লুপ্পা ঈশৈ-নোংমাইদসু খোইজংবা অমসুং হৈ-শিংবা ওইরম্মী। সেতার, এসরাজ, হারমনিয়ম, তবলা, পুংনচিংবা পীথোরকপগুম হৈরম্মী।

মীতৈগী লাইনিং লীচৎ অমুক হন্না চৎতুনা মীতৈ ইপা-ইপুগী খুভম ফংননবা শৈরেং, ব্রারেং কয়া ইহনা, চাওহনা মীতৈ হিংগৎ-হনবদগী নাওরিয়াবু 'লাইনিংহল' হায়না মিংথোন্দুনা শকখঙনখি।

লাইনিংহল নাওরিয়ানা খুদোংথিবা কয়া মায়োক্লখি। নিংতোম খুলদা য়ুম শেংবা অমা চৎপদা মীতৈ লীচৎ ( ধর্মবু ) য়াদবা কাংবুনা লাইনিংহলগী কাঙবুগা থৎন-চৈনখি, ব্রা শোক্লহনা ( মোকদ্দমা ) লাইনিংহলগী মায়োক্তা লৈবশিংবু লৈঙাকপা ( সর কার ) না মতিক চাবা চৈরাক পীখি। য়ুম শেংলিবা অঙাং অহগী মমিং মঙোন্দগী ব্রা শোক্লখি হায়হনা 'মোকদ্দমী' হায়না কৌখি।

লাইনিংহলবু থেংথাং কয়াদা হাংকে তুপকে তৌখি, চাবোং খাউদা নমহুনা হাংনবা খুজিল-থৌরাং কয়া অমা তৌখি। নোংমন্সু লাইনিংহলবু হাংকে হায়হুনা মী থরন। খুংলাই পায়হুনা লম্বীদা চাইহুনা লৈরম্মী। থাবলসু মুশি মুশি ফরম্মী। লাইনিংহলনা মী লৈবগী নাশোল যংলহুনা 'কনা কনা ওইবিরবনো' হায়না হংবদা লাইনিংহলবু হাংকে হায়না লুম্লমলিবশিং অহুনা ঐখোয়নি হায়না খুম্লখ্মী অমসুং লাইনিংহলগী মাযথোংদা অঙকপা মঙাল অমা ইরং লংনা উখি, মহু উবদগী চক্কুনা শুমহৎখিহুনা খুংলাই থাদোক্লগা 'লাইনিংহল লাইনি' হায়নরগা চংখি। অসিগুম্বা কয়াসি থোকখি অমসুং লাইনিংহলদা চঙজখি।

লাইনিংহল মাইগৈ অদোমদা মাগী কাংবু নত্তনা কনানসু ভিন্নবিদে, ইনথোকপী। অসি খাউবা য়ৌখি—করিগুম্বা মতমদা মাগী মমিং হেক পনবদা মাংঙে হায়হুনা 'কৃষ্ণ, বিষ্ণু' শোন্দুনা ভিল্লম্বা পুম্নমক তুমিন তুমিন কায়নখি।

অসিগুম্বা খুদোংথিবা কয়া লাইনিংহলনা থেংনখি। মসিনা লানওংনি; মনুংদনা নৌনা অমুক মীতৈ লীচং ( ধর্ম্ম ) চংপগী হৌনবী তঙাইফদবশিং অহু রাংতনবা অহিং নুংথিল নাইদনা খিজিন্দুনা পুথোকপীখি। অমসুং মরুপ মপাং শেমগংখি।

লাইনিংহলনা শৈরেং অমসুং রারেংগী লাইরিক কয়া ইবিরম্মী, মহুদি—শকোক, লাইনিংথৌ লাইপাউ, থাইন-নোংইন, অপোকপা মপুগী তুংনভম, ঐগী রারেং, মীতৈ হৌভম রারী অহন-য়াথং, শিংথা-চৈথারোল, চীংনুং লাইরেম্বী কোনসেন তুরৈ শেংবগী ঈচেল,

লাইনিং খুদা নিপাল, পামহৈবা হৌনবুং অমসুং লামবুং ঈরাই পূরেন অসিনচিংবা অসিনি। অফোাওবা অমসুং ফোাওদবা কয়ানি। হৌজিক ফাওবা থিজিন-খোমজিন্না ফোাদোকপা লোইবা নাইদ্রি।

লাইনিংহৌলনা খোর্জেনা মরুওইবা খুৎলাই ওইদুনা মীতৈ খুন্নায়গী অমোংপা শেংদে ফুনা অচুম্বগীদমক্তা হনবা লৈতনা লাম্লেংনরম্মী। খুৎই লাইরিক কয়া মরোই মনাওশিংদা শিন্দোক খোত্তোকহন্দুনা খণ্ডহল উইহল্লম্মী। লাইনিংহৌলগী খুৎই লাইরিক অমগী মমল মতমদুদা, কনাগুম্বা মখুৎ ফজবা মী অমনা শিন্দোক-পীবদা লুপা ৩০ (কুম্ন্না) ফাওবা য়ৌখি। হৌজিক্কী মতমদা কয়াগী চাং য়োগদগে খণ্ডনিংঙাইনি। খোর্জেনা খুন্নায় শেংদোক-কদবনি, অচুম্বগীদমক্তা লাম্লেংনগদবনি হায়বসি লাইনিংহৌলনা ইদুনা থম্মীরম্বা ফোাওলমদবা লাইরিকশিংনা খণ্ডহল্লি।

অস্থুম তৌনা লাইনিংহৌলনা চহি ১১ রোম মীতৈ খুন্নায়বু শেমগৎলম্লগা খোই চহিরোল ১৭৮৮ শুবা ইঙাগী ৬ নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিংকী (৩০ জুন ১৯৪১) অযুক পুং ৮ তাবা মতমদা (চহি ৫৩ শুরকপদা) লাইনিংহৌল তাইবং থাদোক্লুনা মপুগী নাক য়ৌখি। মরোই-মনাওশিংনা অরাবা ঈপাক্তা তাহৌই।

লাইনিংহৌলগী পুন্সি-ৱারী মপুং যানা ফোাদোকুবা মীওই কয়ানা হোংনরি। মহাক্কী অসিদি শম্লপ্পা পুন্সি ৱারীনি।

লাইনিংহৌল মীতৈগী মন্নুংদা অথোইরা খোর্জে পায়বা লাম্মীনি। লাইনিংহৌলগী খোর্জেনা অচুম্বগীদমক্তা, মীতৈ

কন্নবগীদমক্তা, মীতৈ লৈবাক্কী মাইফনবগীদমক্তা হৌজিকস্থ লান্থেংনরি, মতুংদস্থ লান্থেংনখিগনি। মতমগী খোঙলৈদা লাই-নিংহলগী খোর্জেনা হেন্না হেন্না মাওনগী মপাঙ্গল হাপখিনি।

---

## লাইনিংহল লাইফমদা

মোইরাংথেম তুনান
লৈমজম লৈকাই।

লাকখি নোংমা থৌরানগী নিন্দুং তরেংনি কোনবদা অহল অমা, মালেম থক্তা, লাইফম কোয়বা। মতম অদুদা মীতৈ মালেম লৈথক্তি পুংপং পংথবা মখে তুমহনা লৈরি। হৌদোকপা লুই, হৌদোক্লগস্থ পুমতুম তুমগ্রগনি—অমুক হৌগৎলকপা ভৌদনা। নোংশাবা রাশকই— কুবিহৈবা থৌনা পীবিয়, অশি-বদি হিঙ্গৎহনগে। খুল্লি, করিনা হোগনি ? মানি, চাংলোন মাপল। লৈনা কোয়রি, যেংঙি অদুগা উবা ফংডি—নিঙাইদনা তুম্লি। অদুবু মনিংশাদি হোল্লি। মীতৈ লৈপাক লৈরি মীতৈ মচা হিংলি, মীতৈলোল লোল্লি। পংথবতনি, মশাবু মশানা কাওথোকখিবতনি। অদুদি হিঙ্গৎহল্লবদি। পংথরিবা শিংলি অদুদা মহাক কনানো অকনবা ঈ চেলহল্লবদি—মালেমদা মীতৈ ( মী + অতৈ = man + distinct ) থোইদোক্লবা মীওই কাংলুপ অমনি হায়বদু থঙকনি। অদুগা মঙোন্দা লৈরিবা থৌনা অমস্থং চেলিবা থোইদোকপা মতিকময়াই অদু যুদোকপা নুমিৎ

অহূদা ঙকপনা খুঙ্গৎলবা মালেমনা খুনিং কাংহনা য়েংখৎলকনি। অহূবু খোঙচৎ অসিদি কয়াদি লায়খিত্রে মানা পুকচেল পীগ্রবা লমশা মরক্তা অশিববু হিঙ্গৎহননিনা।

ইবুংঙো মাগী মতিক ময়ায় তুংনকমদি অমকপা লৈত্রবা পুমশেং শেংলবা থম্মোয়গী কাইদোংফম ওইরিবা মহাক অহূনি। মহাক ঙমিৎনি, ওনশিপ্পকপা পুম্নমক্তা মঙাল পী। মহাক্কী খুংথেং অমতং যংজবদা মমহূনা লৈরম্বা থম্মোয় অদো পুমঙাল ঙালহল্লি। মহাকী য়াকাইরোনদা থম্মোয় ময়োন চোঙহল্লি, তুমহূনা লৈরবা থৌরায় অহূ নোংহোননা থৌরায় অমুক ফংহন্দূনা মীকপ থোকহল্লি। নুংদগী মিরবা খোঞ্জেল অমনা পংথরবা কয়াৎপুম্বা শিংগৎহল্লি, লোন্দুনা লৈরবা থম্মোয় খোংজাউগী পাওরোন নাতৈ কাংহল্লি। অহূগা চক কয়াদগী পৈহূনা লৈরক্রবা অমম্বগী মপৈ অহূ চামথোক্লুনা পুমঙাল ঙালহল্লি।

মহাক লাইফম কোয়রি। লাপ্পবা ঙমখৈগীসু রাংমদা অরোইবা লাইত্রবা মায়কৈদা যেংঠনা লাংতক্করবা থম্মোয়না মতোমতা থঙহৌদনা নিজখি— উহনবিরো অয়ুক্কী শেংলবা মঙালদো, উজগে লমদমদো। মহাক মঙাল ফংখি, লমদম উখি, অহূগা খিন্দূনা তাকখি। নোংহোননা পুথোকপীরে, শূক্তা মংলবা উমং-লক্তা লোংলিবা খম থেংনা রাংলবা চাউখৎপগী নীংশিং ফুরা। পুথোকপনা পুথোকপীরে, মখোঙ শেংদোক্লুনা লংনা ঙাল্লবা তক্কা অহূ মালেমদা মশক থঙহনবদি তুংইনবশিংগী থৌদাং ওইরিবা নত্রা?

পাক চাউরবা ইন্দিয়াগী মৈয়াং লৌচৎনা ( Hinduism ) পীরবা মীতৈত্রবাক্কী মথক্তা করাদা মুংশিন্নৈতনা শাফু কয়া ওৎ-নৈরক্রিবা - অতুক পূকচেল পীক্রবা মালেমগী করম্বা কাংলুপতা ওংপা য়াওগ্রবগে ? অদুগা অচৌবা কাংলুপ্পা নৈহৎপীরম্বা করম্বা অপীকপা কাংলুপ্পা হিংহুনা লৈহৌরিবগে ? তাইবং মী শেমখিবা পূকচেল চাক্টরবা প্রোমিথিউস হিংখি, হিন্দুনা নৈহৎ-তুনতা লাক্রিবা মীতৈ হিংলি, তাং খঙনগদোবা কুইশিল্লক্নে।

ম লেম লৈমনা চিংশিনবিরি, কোনশিনবিরি। খঙমগ্রবা পাঙ্গল অমনা চিংশিল্লি অদুগা পুম্নমক হিংহল্লি। তাবা ফংলি কনাগুম্বগী ভক্সংনা ঙংলিবা 'হু' খোঞ্জেল। খোঞ্জেল অদুদা মীকপ থোক্লে খঙপ্রেক খঙনা ঙসি মীতৈ মীকপ থোক্লে। ঙসি লাইনিংহল নাওরিয়া ফুল্লোবু থবায় তানা য়েংলি, নুংশি নুংোন্ননা তারি— ইবুংঙো মহাক্কী নুমিৎকুম ঙাল্লবা পাঙ্খেন অদুদা। মঙাল অদুদা তাওথরক্লি শঙ্গু শঙ্গূ মালেম থুমদেক্তুনা মশাগী শক্তম উংথোক্নে হায়দুনা। ইবুংঙো মহাক্কী মীৎনহা অনিদুদগী থোরকখিবা মঙাল অদুনা অমম্বগী পল নমথেক্তুনা মচু তরেংং অদু পূমঙাল ঙান্না ফাওদোকহনবিরে। হৌজিক মচু তরেংকী মৈশা অদুদা অমুবা শাগৈ মায়খিরে।

থৌরায় অমগী ময়ায়না থৌরায় পুম্নমক হিঙ্গৎলে, অমথক্না ময়ামগী নুংদা চংঙরপা ঙংলরে— তাইবং মঙফাওনরে। উমংগী কংলৈরোনদো ইমুংদা চঙক্লে অদুগা থম্মোয় উমং পূমঙাল ঙান্নে।

মহৌশা মাগী খুংথেং অমদা মালেম পুম্বা ইতিৎলে। নাও-রিয়া অহলগী শৈরোনদা পোকখাইবা ওত্রবা মরূদো মালেম খিনগায়দুনা ফাওগংলক্লে, মীতৈ পান্দোং শারেপ তাক্লে। লোইব-থম্বা নাইত্রবা রাহংগী রাহং, খওনিংবগী খওনিংবা মরক্তা কোংওমত্রবা পাউখোং কোওবিরমদুনা মুংঙোমহনবিরি—'হংনা নিংবা মওংনি'।

মীতৈ সনা লৈময়োন। চীংলোন মাপললনা থম্বাল্ লৈন গুম নোম-নোম নোম নোম কোইশিল্লি—মপুগী হৌভম তাকপিবি। কজবগী কজবা, নীংথিবগী নীংথিবা, পীক্লা মপুং ওইরিবা—করম্বা অহৈবগী খুৎশেমনো। চষ্খোল্লবা লমদমনি। মীতৈ লৈবাক লাইরৈবাক, তাইবংগী কয়াৎ, মপুগী শক্লোন। নাওরিয়া মহাক্না শৈথাখি—

কৌক্ল চীংনা লেমফুনি
কংলানদি খোইদৌনি
লোক্তাক সনা তোঙ্গোংনি
মীতৈ থৌরায় ওইবনি।

.... ... .... ...

মপু মহাক্না মকম, মতম, মরম লৈতে। কবিগুম্বা অমনা ওমথৈ পীবা য়াদে, মহাক্তি ওমথৈগীস্বু রাংমদা লৈবা অস্নম অস্নম লৈত্রবদুনি। হৌগ্রবা তাক্কক অমদগী অরোইবা তাক্কক অমগী মতম অদুনা মহাকস্বু তাকপা ওমদে। মহাক্না অহৌবা লৈতে অরোইবা নাইদে। ওইরিবা, থোক্লিবা পুম্নমক অসিগী মরম

অয়মম লৈ। মপু মহাক্কী মরম লৈতে—মতোমতা ওইবা অহানবা মরম অহুনি। অহুবু ঙমখৈ লৈত্রবা, মপাল নাইত্রবা অমম্নং মরম লৈত্রবা মপু অহুগী অমুকম্ম ঙমখৈ, মপাল অমম্নং মরম চোংথোকহল্লকই। মহুদি মপু অহুবু পুক্লিংনা লাকশিন্দুনা থম্মী পুক্লিংনা লাকশিল্লবনিনা মহাক করিগুম্বমনা অকা-অপুম্বল্লে, হিকতোকপা ঙমদ্রে, মবোং মতৌ চোংথোরক্লে। মহুবুনি—অতিং-কোক, তিংকাকোক, অতিয়া ( Micrccosm, macroco-m, spiritual ) হায়রিবহু। অহু ওইরবোইদি তাইবং হকচাং চোংথোরক্লে। হকচাং অসিদি পুরিংনা হোইদুনা পুরি, অহুনা পুক্লিং হকচাংনি। পুক্লিং অহুদা অমুকম্ম মপুনা তোংলি। উরিবা, খংজিবা, কাওরিবা পুম্নমকসি মপুনা ওইহল্লিবনি। অহু ওইর বোইদি ঐঙোম্দা মপু লৈরে। ঐঙোম্দা লৈবা 'ঐ' অহুনা উরি, তারি, খংজি। ঐগী 'ঐ' অহু মপুনি। হৌজিক লাই অহু মীদা চঙহুনা লৈরে। মসিনি লাইনিংহল্লা তাকপীরম্বা— "নকমন্দুনা লৈতবা লাপমন্দুনা লদবা" হায়রিবদো।

অমুকম্ম মীতৈ লৈবাক অসিবু কৌক্রনা কোক লেমক্ল ওইহল্লগা, কংলানা হকচাংগী ময়াই খোইদৌ, লোক্তাক্লা তাইবং খোঙজাও ওইহল্লি। অহুগা ইরিল নম্বুল অনিনা তুরেল অচৌবগী নাকল অনিদা চেল্লিবসিনা মরুওইবা ইরমগী নাকল অনীদা ঈগী শিংলি অনীনা চেনবগা চাংদম্নহুনা মীতৈ লৈবাক অসি তাইবং হকচাং কয়াংকা চপ মাম্নে হায়বহু উৎপগা লোয়ননা মপুগী লম-দমনি হায়হুনা শৈথারি। অহুনা মীতৈ লৈপাক লাইকমনি।

অহৎবু সিদ-য়াই নাদ-য়াই শগোল্লনা পাকথনবা মরক্তা য়াওন্নরগা চাকনিবগী পাংথক্কুম হাদ মীতৈ। অকোকপরোমদা খুং তিংথোকলুরিবোই। করিদি ফংজরে? ওইরিবত্থুমক ফংল্লিবস্তুনি। চক কয়াগী যোংলবা লৈকাংনা থন্নুংমৌনা মশক ফাওবা খুণ্ডদবমথৈ চুশিনগ্রনদা লাইনিংহল কনাগী করম্বা পাঙ্গলনা চামথোক-শেংদোকপীখিবগে অমোংপদো? শেংদোকখি, ইংলিসকী নিংথৌ অগিয়াসকী চহী তরা চুপ্পা পৈথংলবা মশিং থীণ্ডমগ্রবা শা শলগী শম্বি-চীণ্ডচাউ, কনাগুম্বা হারক্যুলিস কৌবা অথোবা অমনা. নোংমগী মুমিং অমত্তদা। থন্নুং শোক্লা কপগ্রবা ইথৌ থোংনাং-থাবা কয়াগী মীকপ মীরাওথোল তাবা ডম্মক্ক্রহুনা তেকপা নাইত্রবা পাঙ্গল হাপ্তুনা মালেম মীতৈ লৈবাক্তা থারকখিবা নাওরিয়া ফুন্ত্রেনি— অমোংপা খেংতোকখিবা কযা য়াম্না লুক্রগনি? ডসি মীতৈ শেংদোক্লে তাইবংপানবা বাইফরে, থৌরানগী মিন্দুং তরেংনি কোনবনা য়াইফরে। হৌজিক্তি লৈরে মীতৈগী মীতৈলোন-পুয়া—পুদিল, মীতৈগী লিচৎ লোনচৎ লাইনিংলম্বী। তান-থোকথরে—মৈয়াংমরোল, মৈথাং লিচৎ। অহগা অহল ইবুংঙোনা মীতৈগী চেকশিল্লবা খুন্নায় নৌহোননা লিংবিরম্বতা নত্তনা মীতৈগী শাগোম্নরক্লবা মীতৈ ময়েক থিদোক্তুনা পুথোকপীরম্মে ওম্ অরা ইরা ... ..., লাই কক্ ধন ... ...। মৈয়াং শান্তিদাস লিশিং লিশিং হম্না হম্না লাক্লবম্ম খুরক্তী ঈনা ফনা লাই শাহনম্ম মালেম মীতৈ লৈবাক্তী লাইগী মচা মীতৈ মুংলরোই। মীতৈ লৈমনা য়াইফরে, নাওরিয়ানা য়াইফরে।

"অপোকপনা য়াইফরে
সিদবনা য়াইফরে
য়াইফরে য়াইফরে
ইপুরোইনা য়াইফরে।"

মীতৈ লৈবাক লাইফমদা লাইনিংহন্না খোংদোইবিরম্মে, তাইবং হকচাং কয়াংসে মপুগী লাইশংনি তাক্লম্মে। অমুবা শাগৈ তানখোক্লগা মপুগী লমদম উহনবিরম্মে। লাক্লো লাইফম য়েংলুসি, লাইনিংহলগী লাইফম শেংদোক্লসি।

---

## মীতৈ ময়েক্কী বাফম

—নহারোন মীতৈ মরূপ

মীতৈ ময়েক এক্সপার্ট কমিটিনা মীতৈ ময়েক লেপ্লে, চৎনরনি হায়দুনা কাংবু অমনা হয়াওরি; অদুগা কাংবু অমনা পেন্নদ্রি, য়াত্রি; লৈবাক্কী মনুংদা কাংলুপ অনি খোক্লরি। অশেংবা মীতৈ ময়েক লেপ্পুনা চৎনবা হায়বা লৈবাক্কী অমত্তা ওইবা রাফমদা কাংলুপ অনি খোক্লিবসিনা, মনুংদা করিগুম্বা অমা লৈরে হায়-বসি মশানা তাবনি। মনুংদা লৈরিবা রাফমসিংু লৈবাক্তা খঙ-হনবা তাবনি। অমম্নুং উৎখোকপা তঙাইফদবনি, মরমদি রাফম অসি লম্নাইগী নত্তে, লৈবাক্কীনি অমম্নুং অকবা রাফমনি।

মীতৈ ময়েক এক্সপার্ট কমিটি হায়বসি মণিপুর সরকারনা হেক শেম্বদগী হৌনা নমজানবগী মওংদা চৎথখি। এম, পি, পি,

সরকারনা মতম চঙনা কয়া খোংনহনা মীতৈ ময়েক্কী স্কুলশিং অনি খন্দোক্লনা অশেংবা মীতৈ ময়েক লৈপ্পবা হোংনখিবছু থৌশাদনা, লৈবাক্কী পুক্লীংগী মায়োক্তা শেমখিবা কমিটিনি।

হায়রিবা এক্সপার্ট কমিটি অসিদা থ্বাইনা খঙনবা এক্সপার্ট অমত্তা য়াওদে। অদুবু এক্সপার্ট কমিটি হায়না শিজিন্নবদি য়াওরিবা মীওইবু হয়াওহন্নবা অমদি মপান্দা মতিক চাবা কমিটি অমদি মপান্দা মতিক চাবা কমিটি মান্না উহন্নবা, কান্নবা (মতলব) পুরক্লবা রাহে শিজিন্নবনি। মীতৈ ময়েক কমিটিদা হায়বা য়াবনি।

কমিটি অসি মপানগী এক্সপার্ট অনি য়াওনা মীওই ১৪না শাগদবনি। অদুবু মপানগী এক্সপার্ট অমত্তা য়াওদে। য়াৎলিবা এক্সপার্ট অনিদু য়াওনবা সরকারনা, কমিটি অসিনা মথৌ তৌবা থৌরবা মতমদা, করিগুম্বদা হোংনখিবা লৈতে। মসিনা তাক-পদি, কমিটি অসি সরকারনা শেমখিবগী মতুং ইন্ন, চৎনবা য়াদবা অমনি হায়বদু উৎলি। অদুগা অমরোমদা ফৈরেংননা য়াম্না য়ানা মপান্দগী এক্সপার্ট কৌথোক্লবা য়ারেপ লৌখি। মসিনা তাক্লিবদি কমিটিদা এক্সপার্ট অনি পনখিবদু লৌনম অমনি হায়বা ময়েক শেংহল্লি। এক্সপার্ট য়াওগদবা মালহল্লগা য়ানিংদা লৈবাক্কী পুক্লীং ফাথনবা শিনখিবনি হায়বা খঙহল্লি।

এক্সপার্টকী ওঙাইফদনা মথৌ তারক্লহনা নেসনেল আর-কাইভস ওফ ইণ্ডিয়াদগী এক্সপার্ট অছুম মীতৈ ময়েক খন্দোকপা য়াওনবা কৌথোকপবু "এক্সপার্ট লৈতে" হায়রকই হায়বসি অংকপনি। ওাইদবা য়ানি। ভারত্তা এক্সপার্ট অমত্তা লৈত্রগা

করিগীদমক্তা ভারত সরকারনা এক্সপার্ট প্রোপর অথোরিটি (Proper authority) ওইগনি হায়না কাংলুপ কয়াদা খংহনখিবনো ? মীতৈ ময়েক চংহনিংদহুনা ভারত সরকারনা হায়রক্লিবরা ? লাকহনিংদবদগী এক্সপার্ট কৌথোকপগী চেথাখিদহুনা তৌরিবরা নত্রগা লায়া থাবদগী নত্রগা ছাইগুমখিদত্রা অশেংবত্ন নৈবাক্তা খগুনিংঙি। অমবু ওইরবস্নু নেসনেল আর্কাইভস ওফ ইণ্ডিয়াগী এক্সপার্ট য়াওদবা য়াদে, য়াওদনা লেপথোকপা চুমদে। অ চয়া চথরবদি ভরতকী মায়থিবনি, মণিপুরগী মায়থিবনি, ভারতকা মণিপুরগা মরী নৈনদবগুম্নি।

কমিটি অসি অশেংবা মীতৈ ময়েক খন্দোক্নুনা লেপ্পবা শেম্নবা, নৈরমদবা ময়েক কযাস্নু শেমজিন্দুনা মথৌগী য়াংমদা পাযখংখরে। মসিনা তাকপদি অচুম-অরান খিদনা নমহুনা শিজিন্নরে অসিনি। রাফম অমনা শেমজিনবা য়াওরবদি হান্নগী খ্বাইনা পান্নবা অশেংবা মীতৈ ময়েক অহুদি নত্রে। কমিটিতনা পামজবা ময়েক ওইত্রে।

অশেংবা মীতৈ ময়েক খন্দোকপদা তঙাইফদনা চঙদবা য়াত্রে হায়দুনা এক্সপার্ট অহুম—

১। Paleographist who cau advise the committee regarding oiigin and affinity of Meetei Mayek. (মীতৈ ময়েক্কী হৌরকফম অশেংবা তাক্লবা)

২। Expert in Carbondailng who can examine old manuscipts, in Meetei Mayek. (অরিবা খুই চাংয়েংনবা)

৩। Handwriting expert who can examine whether the manuscripts are of the same hand-writing written by the same person or not. ( খুৎই মশা অমত্তরা নত্তবরা চাংয়েংনবা )

হায়রিবশিং অসিগী মথৌ ত্তাখিবহ্ন করম ভৌঠ্না তাখিন্নবগে চিন্নত্তা পংহাইদা হায়নহুনা লেপথোক্লবসিবু চাউখংলবা মতম অসিদা মীনা হক্লোইস্রা? মসিনা ত্তাকপদি নমহুনা চংপ্রে, অচুম-অরান থিখিদ্রে অসিনি।

নমহুনা চংপা হায়বসি হেক্তা য়াগদবা নত্তে। মীতৈ ময়েক হায়বসিদি মীতৈগী লন্নি, ইপা-ইপুগী থোৱায়নি। ইপা ইপুনা লুনা-চেংনা মুংশিনা ঐথোয়গীদমক্তা থম্বায়য়নি। মসি লন্নাইগী নত্তে, লৈবাক্তীনি, অহুনা মীতৈ ময়েক নত্তবা অমবু হেক্তা চংলবনি হায়হুনা চংনরবদি ইপা ইপুদা লত্তজবা ওইগনি। ইপা-ইপুদা লত্তজবা হায়বসে অশেংবা মচাশিংগী মথৌ নত্তে।

অহুগা মীতৈ-ময়েক নত্তবা অমবু মীতৈ মযেক্কি হায়জিল্লুরবস্নু ভারত সরকারনা য়াবিরক্লোই, অহু ওইরবদি ঐথোয় পুম্মাঙ মাঙবা তারক্কনি। অঙগা পথাপ চুম্না মুম্না কুপ্পা খন্নরগা অশেংবা মীতৈ ময়েক লেপকদবনি। অশেংবা মীতৈ ময়েক লেপকে হায়রবদি স্কুলশিং অনি অহুদগী চপ মান্নবা মীহুৎ লৌহুনা কমিটি অমা সরকারগী মী য়াওনা শেম্নগা National Archives ceilicia গী এক্সপার্টনা Proper Authority ওইরগা অশেংবা অচুম্বা মীতৈ ময়েক লেপ্পা য়াগনি। য়াম্নভ্রিবা কাংবু লৈনরিবশিং অসিস্নু

সরকারগী মীচঙ মীথায় নাইদবা অচুম্বা থৌশিন অদুদা পেন্নহনা লৈবাক ইথৌ লাংঙোই অমস্তুং মশা মশাগী অপাম্বশিং অদু লৈবাক্কী, ঈরূপ (জাতি) গী মফমদ কৎথোক্লরক্কনি। অদু ওই-রবদি এখোয় মীতৈনি হায়বগী লেমজবা ফংগনি।

কনাগুম্বনা লৈবাক্কী য়েংহনা হায়জবা রাকমবু পন্থহন্নবা শিনবনি হায়দুনা লান্না মরাল শিজিল্লি। মদু চুমদবনি। মীতৈ ময়েক চংনবগীদমক্তা কন্না হোৎনজররক্রবা, মীতৈ ময়েকপু মুংশিজবা কাংবুনি হায়না কৈরোইনা, লৈকাইনা, লৈবাক্লা খঙনরবা মী-ওইনা অংম্বা মীতৈ ময়েকপু লেপথোরবা হোৎনবনি। মসি খঙবিবা অমস্তুং খন্থবিবা কৈ। নত্তনা এখোয় মশেল ছন্ন-ঙাংনদুনা থোইনা কান্নবা অমস্তুং লেমজবা ওইরোই। করম্বনা অশেংবা মীতৈ ময়েকনো হায়না খন্ন-নৈনবা মতাংদা খুদম-চাংদম পীদুনা ঐখোয় এখোযনা থাজরিবা অদুদা মতিক চাবা খঙবা হৈনবদু উৎনবা কৈ। অদু নত্রবদি "চক্ফু কায়ররগা কাক্লা হরাওই" হায়বদু তাদুনা তোক্কনি।

মীতৈ ময়েক্কী রাকম অনি মী খরতগী নত্তে, লৈবাক্কীনি। এখোয় পুকচেল অমত্তা ওইনা অচুম্বদা চঙশিনমিন্নদুনা ঈরূপ অসিগী মমল য়াম্লবা অশেংবা মীতৈ ময়েক হায়বদু চুম্না খঙ্খোক্লুনা চংহনগদবনি।

ঈরূপ অমগী লৈবাক্কী রাকমবু সরকারনা নমজাননা হেক্তা চঙ্খরবদি লৈবাক্কী অচৌবা বাথোক ওইরক্কনি। সরকারনা মদু

থোকহনবা চুমদে। লৈবাক্তা অচৌবা ৱাথোক লাক্রবদি অহুগী অফ-কত্ত অহু সরকারনা পুগদবনি , অহুনা সরকারনা চুম্না অশেংবা মীতৈ মরেক লেপ্পবা শিনবিয়ু অমসুং লৈবাক্কসু অচুম্বা লম্বীদা চঙশিনবিয়ু।

---

## লাইনিংহলদা

—সেনজবী থম্বালতোম্বী মীতৈ চনু
মাদারীপার।

লাইনিংহল ইবুংঙোগী পুন্সি ৱারীদি ঙরাংতগী নরা ঐখোয়না কয়ম্না খঙলুগনি। অহুবু মীথোই মীহেন পূম্নমক্কী পুন্সি ৱারী মীওই খুদিংমক্না থেংননবগী খুদমদি মহাক্না চংলম্বা লমচং-শাজং লেংথোক্লম্বা লাইরিক-লাইশুনচিংবা কয়াদগী ঐখোযনা খঙবা ঙম্বনি। অহুবু ঐহাক্তি অহুক মরুওইবা পুন্সি ৱারীসু নীংথিনা থিজিনজত্রি। ঐহাক্না চাউঙ্গরকপদগী ঙসি ফাওবগী মন্নুংদা ইমিংনা হেক উজবা তাজবা থরতংদি ময়াম্না লাইনিংহল হায়না চাউরবা মীংথোল পিরবা মহাক অসি ঐখোয়গী থোইদোক-হেঙ্গোক্লা মীথোই-মীহেনবা লেমজনিঙাই ওইরবা ইরৈপাক ইজাত্তি অমসুং ইমারোলগী মতিক চারবা মপারী অমনি হায়বদা থোইদোক্লা হায়মনবা থোক্রোইত্রা নীংজৈ। থন্দূনা য়েংবিউ ঐবু পোকপীবা ইমা লৈনা লৈনা মীগী মমাদা তাংজহুনা ইমা কৌরম্লবা মীতৈ মচাশিংবু ইনিং তঙ্না কৌজবদা অপনবা লৈহনবীরমত্রবা

মাংতদ্রবা পীবিরম্লবা মহাকপু ঐখোয়না মীয়াইবিফমা খোকত্রা? মত্রগা হয়াওনা লৌশিনকম খোকত্রা? অহুবু ঐখোয়না হয়াওবগী মহুত্তা ইরোলনা কৌজবা ইরোলনা শকচবা শোঞ্জববু অমাডবমি খন্দমা লৈবিরিবসিবু মীতৈগী মনুংদা লৈবিরিবা ইচিল-ইনাও অমদি ওবাশিংনা অমুক্তংদি মুন্না রাখল খন্থবিত্তনা য়েংবিউ নত্রবদি ঐখোয মীতৈ হায়বা শাগৈ অসিদি লিক্লবা শাগৈ অমনি মসিগী মনুংদা অমুক পুকচেল মান্নবগী লংলা অহুনা চেৎনা ফিশিন্দ্রবদি ঐখোয়বু কয়ম্না চাউখংগা ভমগনি ঐখোয়গী কংকম খোকপা হায়বদি (দাবী) হায়বদো ঐখোয়না কয়ম্না তানকা ভমগনি। খন্দুনা য়েংবিউ ইংগ্রেজশিংগী ইংগ্রেজী মরোল ময়েক লৈ। আসামীস্থু আসামী লোল, বেঙ্গলীগীস্থু বেঙ্গলী মরোল ময়েক লোইনা মাগী মাগী ওইবা জাতিগী মরোল ময়েক লোইনা লৈ হায়বা ঐখোযনা উবা ফংই। অহুবু মীতৈ ঐখোয়গীদি কদায় মীতৈ ঐখোয়দি লাইগী মচা-মশূনি হায়না চাউখোকচৈ অহুবু করিস্থু লৈত্রবা ময়াং মচা অমনদি ইরাই লায়না হায়রি। মীতৈ নখোয়দি করিস্থু লৈত্রবা তোনগ্রবা ফুরুপনি, নখোয়দি মরোলস্থু লৈজদে, ময়েকস্থু লৈতে, মাগীদা তাংজহুনা লোল্লগা মখোয়না ব্রহ্মাগী মচা ওইহুনা বভ্রুবাহনগী মচা-মশূ ওইহুনা করিবু লেমজমিহাই ওইগনি। মসিদা লাইনিংহল ইবুংঙোনা ভাবা হুন্নক্তহুনা মীতৈগী অমম্বা মায়খুম হাংদোক্লসি হায়না মথোৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা মৈরক্তা চোঙশিন্দুমা পুখোকপীক্লম্রা ঐখোয়গী ময়েক মশোলবু ঐখোয় মম্নাম্না অদুদা ওইবা পুকচেলনা

মতেং পাংশিন্দুনা মপুং ফাহনবগী মহুত্তা ফত্তবা পুথোকপা ভম্বা ঐদি ভম্মোইত্রা ঐস্থ পুথোকনি, ঐস্থ লাইনিংহল ওইগনি হায়বগী মতাঙ্গুম অকায়বা চংশিল্লকপা অসিবু ঐখোয়গী চাউখংনবগী খুদমলা নত্রগা মাঙখহনবগী মচাকলা ? এখোয়না বাখল মপু কাজিত্রিবী অমা ওইবনরা খনবদা ওম্মোক্লা অঙকপা অমা ওইজে। অহবু বাখল খেল্লবী ঐহাক্লা অপঙ থোনা ওইনা ইপা-ইপল ইমা-ইন্দোল, মকুপ মপাংশিংগী মফমদা নোল্লুক্লা হায়জনীংবা হৌজিক্কী মতমদা ঐনা হেল্লি, মানা বাংলি, এদি ষুঙাইবনি, মাগী লায়রবনি, ঐদি লাইনিংহলনি, ঐনা হায়বতনা অচুম্বা ওইগনি হায়না মশাতগী বাখলনা অচাউবম কাখংখিহুনা অফ-ফত্তবগী বাখল খণ্ডবগী পাঙ্গল লৈত্রবা মতম অদো হৌজিক নত্রে হৌত্রেনে মতম, ইচিল-ইনাওশিং মীগী মচানা অহিং মুংথিং খায়দনা ভুম্বা চাবা মফম মকাং নাইদনা ঈ কচ্চগে ইরোলগী থাদোক্লোই ( ভাষা দিবনা রক্ত দিব ) হায়না অকনবা খোম্লাওবা মুপী মুপা থাক্তনা লাউরক্লিবসিবু ওঝাশিংগী নাকোং ম্মোবিত্র বরনে ? নত্তে ঐখোয় হৌজিক ভুমহুনা লৈবগী মত্তম নত্তে ওঝাশিং। পুম্নমক হৌগংপিরো লমজিংবীরো নচা ননাই ঐখোয় মমামম্থ লেপচরে। তাল্লুবসি ঐখোয়গী ইরোল, ঐখোয়গী মচে ইপা-ইপল, ইমা-ইন্দোল, ইচিল-ইনাও, মকুপ-মপাংশিংগী মফম ভোল্লবী ঐহাক্লা ... ঐখোয়গী ...রোল, ঐখোয়গী মচে ঐখোয়গী ইজাতি... ...ংশিবিত্রবা হায়না ...



খোমজিনজব অমসুং ফোঙদোকচব :
**নিংথৌমচা সনাজাওবা**
কবো লৈকাই, ছুম্পালেন, ইম্ফাল।

অহানগ কোহুব
অক্টোবর, ১৯৮১ ইং
কোপী মশীং—৫০০

মমল—লুপা ৪/

নম্ফম :— মণিপুর গীতা প্রেস শিংজমৈ কৈথেল, ইম্ফাল।